অচূম্বা মশক শেংন থোরক্লব কাতু কাৱল থৱ দরকার লৈমাক্লে থৱদগি ৱাখলগি ৱারী অসি শোক :১৯৫৭ত উখুল তুইনেম খুন্দ ওজা ওইরিবৈঙেদ ইজবনি।

অইব

# ঊর্মিলা

## ১

অপুঙবা রাপল অমগি মখোং নক্ক ইগি য়ুম অমনব শা'তক তৌব অম লৈ। কুচু তঙাং তঙাংবী রাসী লৈরবী নুপী মচা অম মৈতযরং পুঙৌফনেক খোংদাই অম শেং; অশংব মচুগি অমনব ফুরিৎ পামনোম মরু পোংখৎপী অম লিং, মাঙ্গোন রায় শিংলি। ফনেক অত্ত মমাগি ওইবন কৌন শেংনব তোংনবদ মথাংদ পৈখৎতুন লৈরি। মশাম অহু খাই খাই চাইথরকপন মীন য়েংনিংলব মমাঙ্গ অহু মরক মরক্ত থুমলি। রাপল মরুনদগি হুংশেম মখোল অম অনকপদগি ভাবদ নুপীমচা অসিন অদোমদ য়েংথোকলগ নোকফেৎ তৌই। মাগি নৌরব য়াকলপ তৌব খোঞ্জেল অহুন "লেতেবে—ঈমাদি ফি শক্তি থাদোকপ চংখিয়ে" হায়রকই।

রোক্ হদসন্ মাল্লকদোব পাখং মচা অম ফুরিং খোংগাও অঙৌবগি হাপ ঙাক্ত শেংলহুন ; খোঙুপ ফিগি অঙৌব অম তোং-লহুন ; বেদমিস্তন রেক্কেৎ অম পায়রহুন মাঙোন তম্ন চেনশিল্লকই। মফি মরোল শেংল্লিব উপালব থুন য়াংন লৌথোক্তুন মাঙ্গোন্দ থমলগ রেক্কেৎ অহু পুহন ইমুংদ চণ্ডিং। য়োৎপাক অম পায়রহুন অন্দর রায়ার অমত্ত শেং য়েনথারোমদ য়োৎ তৌব থোক্ক থোক্ক হায়-রকই "তরুবী, ফিশি থিন্দোকউরো" তরুবী, রাই শিংপ লোয়রহুন

# টমিলা

ঈমুংলোমদ শুমজিং অত্থ থম্মুবগ মাঙ্গোন্দ তাবিব ফিরোল অত্থু পুত্থন থিনব চংখি। "ঙবাংদগি ঈমা ইবানিদি চাক চারক্লে, চাক লাম্মেনে তাদ" হায়ন হায়ন তকৈবী ফি থিল্লুবগ হল্লকলি।

যোং তৌন তৌন "নেক্কেৎ অহনব অম ফংলকপত্থু দেবেন্দ পীরু অত্থগ মাগিত্থু কান্দগি চা ওহন পাবকচ হায়যু--ঐন ইস্তব স্কুল বেদমিন্তন তারনামেন্তদা সমী নাইনেল কাব ঙম্বাগ ফংলকপনি— মান লযজগে হায়বনি। হায়বকপগা তকৈবী ঈমুংদা চেনশনথ্রে— ঈমুংদাগি থুদৈ অনাংব অমনব অম মঙক্ত যেংলগ বেদমিন্তন বেকাকেংন মমাহদ থাল্লহন থোঙ্গানলোমদা হবাওন চেনখি।

পাখংমচা অসিন পোংথাব লৈতন যোং তৌবিঙে ফিরাং অস্তম্ব মব থুদেং অমদ হাপলগ মত্থ কোকথোঙ নারহনা, ফুরিং লিক্তবী, নঙ্গন লোমদ উরিক চোন্তবী ঙেকনবী মো মীয়ায চল-লব— হন্ন হন্ন যেপশিনবদগি কানল লাক্ল কোখংলব ফনেক অমনব শেং, মাঙ্গোন তম্ন চংশিল্লকং। "হুপামচা নযুমদ হল্লকনি হায়দি খঙলিদন" হায়ন থুদে অত্থ দাবিদ থম্মগ য়েনথাবোমদ চঙখ। উবোং শুমজিং অম পাযনত্থন থোবক্লগ যোং, তৌজবিব হুপামচাদ মো অত্থন হন্ন হন্ন শুমজীংন কল্লি। ফুজিকল্লালব শুমজীং অত্থু যোংথোক্ল ঙাক্ল ঙাক্লহনা "ঈমা ঙাইথো ঈমা ঙাইথো" লাউবি হুপামচা। মো, চযফু হনব লৈতে ফুন ফুন লাউরি "নঙন ঐবু হুপীনি হায়ন উশীত্তব— হাংনে-শম্বন খাশি ইন্সাং থাসি চংথোক্কন্থু হায়নগ—ঐন হুত্ত লযথোকখিবদ হেক্ত মাঙখিব—নঙন ঐবু হুপীনি······।

## টমিলা

অরাংলোমদগি মখোন নৌবী মরয় কোন্বী খেঞ্জেন অমন "লয়বাকলৈ ! লয়বাক কূম্ময় ওইরে তোকও তোকও" লাউরকপ মখোঙ্গী অনিন তাব লৈতে। "ঈমা ঙাইখো-হাৎকনি—শেৎ, শাৎ" পুন্নান নিল্লি। ঙুপামচা লৈজবী থাত্তুন "ঈমাঃ" লাউবদ মৌ শুমজীৎ হায়গত্তুন চপ লেপ্পি, খূতুপ অম তেন্ন রাংখ্রব মচাত্তুদ থান য়েংখৎলি। মচা ঙাক্কদবগি যোৎখোক মৃক্ক মমাদ চাদৌগুম য়েংখ্রবি। অসুম্‌ন হৌদোং চিক্রুবগিগুম য়েংনরিঙৈ অসিদ তরুবী খূদয় অরাংবত্তুন চেঙ খব যোল্লগ মরেংবান্দ হাপ্তুনা চঙলক্লি। নূপামচা মমাগি মখুত্তগি শুমজীৎ ওপ্প মুল্লগ যেংখাবোমদ লংশিল্লত্তুন হায়বকই "তরুবী ঈমা চাক শাল্লমাল্লে চাক থুন থোৎলুরো—অতুপাওব লয়বাকলৈ লাই অশাবগুম লেপ্তুন মমীৎ নূপ্তুন লৈরি। লয়বাকলৈন চপ তীংন তুথবকপ মক্ক ঙুপামচা য়োৎ জুরিদ থোক গুপোক্লগ খূৎলয থুম মমাবূ ওক্তুন পমখৎলগ মখোন নিক্ক লাউরকই "ঐখোহ ঈমা কৈনোম্ম তোখ্রে—ময়াম হোৎচিল্লকে— ইমুংদ পুশিনখ্রে ঈমু দগি তরুবী "ঈমা ঈনা" কৌরত্তুনা কপ্লক্লি। "ওঁ ভুঃ ভূ: ভুঃ শিঃ ককা হায়ত্তুন মন্ত্র শোনবগি থোঞ্জলসু তারি। অমমম অনিনি চংলকলিবা মীন ঈমুং মাঙ্গোন পীক থল্লে। ডাক্তবদ পুবসি হায়নবকপসু যাওরি। লয়বাকলে গ্যান তারকলমানে—"ঙুপীমচা ঈমাগি চুপামচা—তরুবী—ঈমা কৈও তৌদে" হায়বকই। ময়াম—হরাও হরাও পোক্করক্লে। মাইব, ময়াম্ম য়োমশীল্লত্তুন থোরকলি। মান হায়রি "অ—ঈবেম্ম—নঙন ঙমজবা ঙাক্রা মচা অমত্তং হয়েং উশীন তৌথোকসিনে—হৌজিক কান অসিন লাই-

হুংশিং পকপ মী য়াম্ন লৈরেনে—মান চথোকপদ অত্তগুম্ব মীওই ওক্নরক্লে অদুননি।” খরন “উম ওজাবু লাইগি মন্নমসিদদি ডাক্তরন শোকপ য়াপোৎ নত্তে” ককা থুমলি নহারোনশিংতুন শুগৎলি। ময়াম লোইন থোকখ্রে। লয়পাকশৈ ঙহাক লৈরগ হীদাকপু থম্বল শাব অমদ ভান্থক পাল্লগ, মথুৎ ওইন পায়রতুনা গাঙ্গোন মচিদ কম্লরে। ওঈগি থুনীংন ওইগি শকউদ শোরতুন হীদাকপু ওঈগি শাম্বোমদ থোং খুৎ য়েংন হীদাকপু মচিন্দ তোংজৈ শা ঈংন হী দাক থকলি। তুপামচা থোরকপ উবদ “ঈমাগি কৈশু লৈত্রে নঙ মেত্রিক থানব হোৎনবদা কৈশু লৈত্র পরিখা হায়দোকপগ ভাইকনহু থবক অম তৌরো তুপামচা ঈব্রাঙ্গবমদাহগি ফিজেৎ শেত্তুন থোংজিন কাম্বোরকই— খুম্নকই, “থবক ফংদ্রিনে, মেত্রিক পাস তৌব নান ফাও” থবক পাক হেক ফংপোৎ নত্তে ঈমা” লয়বাকলৈন—“করি গিনো?” তুপামচা—“মাইবন মী য়াম্ন নানরক্লগ হরাওহ— মাহাৎ মীপুন য়াম্ন থোক্লগ উকীল ককান হরাউই— থবক থিব মী য়াম্ন লৈরগ হরাওব কাঙবুম্নু লৈরিনে ঈমা!” মমা—“নঙ্গি আর্থ অনি থোকপ রাহু ঐ থঙদে নংবু হুংশিবিব থবক হাপ্প ভুম্ব মী অম ফাওব লৈত্রবনে ময়ত্রবাক অম্থক চাওবসিদ। তুপামচা— “লৈ, চীঙদ ওজা ওইব, ঙসি মভানি লৈরগ ঐবু লোব লাক্কনি হায়রম্মী, ইমান য়াদবনিন হযেংমক ইতোমত চৎকে।” মমা— “চৎলু নবুক্ত থম্নব হোৎনৌ, তরুবী অমুক শেম্ব মতম ওংরে।’ তুপামচা মমাগ্নোমদ নোম্বরতুনা— “ঈমা চায়াম চেম্লগ নীংব কায়রক্লবী, মকোক্ত মথুৎ হাপ্লবী, ময়তৈ চহু কয়া ঈমিত্ত উরেনে;

তরুবী মবুক পুব ঙম্নব শিনফম অমত্তুদি'— মমা—সেঃ ঈচাসি শিদ্রিফাওব মবুঙ নঙোম্দগি অনা অম ফাওব শোকহল্লোই। মচা— অত্থগি ভাব নত্তে—ঈমা ঐ চীংদ চৎলগে ? মমা—চৎলো। মচা— হেঃ চীংলৈবাক্ত পোক্লব ঈচাশা ঐগুম্ব চানিঙাই লৈত্রব ঙাওত্রঙ্ কৈদ্রঙব অন্দর মেত্রিক নত্রবদি নখোইগি ওজা অফব লৈরোই-দৌরিমাল্লে—ঙাইরম্মু ঈপা হয়েং লাক্কে।

মুপামচা মমাগি মমাংদ "হৈ হাঃ হৈ হাঃ" লাউত্নুন হাও-জগোঈ শারি—তরুবী তেক অকোপ্প মঙক য়াওদব অম ফদি অম থাত্নুন পাঈরগ ঈরুজব থোরকলি, নোক্লত্নুন "ঐখোই তা ঙাওরে" হন্ন হন্ন লাউরি। জগোঈ শান শান মচন পমখৎলগ' 'য়াইফরে য়াইফরে ইবুধৌ নোংদ্রেন পাথংবন য়াইফরে' লাউরত্নুনা মচনস্তু, ঈরুজব চেনথোকখ্রে। লৈবাকলৈন নোকফেৎ তৌরত্নুন "মঙাও থিদ শিদে" হায়ন ফক্লাংদ হীদাক্পু ঙারি। লুকথরুবদগি তেক মচা অনীন চৎথিব মাইকৈদ যেংথোক্লগ মমীত্তে মপী মত্নম মত্নুন তারক্লি—ফনেক মচী অম লৌথত্নুন মপী তৈথোকলি, মথা চাক্তন কপ্প খামলি।

২

চাউর চাউরব মুশুক মুশুক মুরব উয়ুং পাম্বী কযান লন্ন লন্ন মরক খত্তুন হোব চীঙমাঙ্গ অমনি। চীঙমাঙ্গ অসি খুকউমূক ৱাংব অশঙব নাপীন পীক্ক থন্ন হোই। নাপী মরক-মরক্ত য়াইপলগুম্ব লৈ মখল অমন মরক হৎ হত্তুন শাংলি। মসিদ তুবৎ ককথত্তন চীঙ লম্বী অঙাংব জীপ্ চৎপ য়াব অম সেম্লি। উয়ুং পাম্বী অকঙ্ব অমস্থূ লম্বী ময়াদ মশা মরেং য়াওন তুরি। মফম অসিদ পংলাপ লাপ্তন হুঙ্গ য়েম্বানচিংব খোংবস্থু মরক মরক্ত তাৱি। ঙ্গথঙ থঙ্-হোদন লূম্ন নোং খোংবগুম ন্নিল্লকলি—জীপ কার ৱিক্সাগি হোৱণ্ মখোলশিং তারকলে—মাইকত্ত মখোন থুম্লব শেংলব মুপা খোঞ্জেল অমনা—হায়ৱকচ 'পেৱেদ লাকপিরিবশিংন মথঙ্ মথঙ্ ওইন ঐখোইগি লৈখিদ্রব শহীদ বীর কোঙ্গরেঙগি ফাঁসি— তৌখিফম মপাদ সলাম কৎপিগনি।' পেৱেদকী বুট মখোন্ন পুন্নীন নিল্লে লূম্লব চাউরব মুপা অমগি খোঞ্জেলন নিল্লিব পুন্নমক নমথৎলবমুক হোন 'ৱ্লাক্ জা' লাউরি—অদুগুম্ব মুপা খোঞ্জেল কয়া নোং খাকপ-গুম থুম্লি 'এক দো' সলাম কর— এক দো— আগে বর—বুট মখোন খর নেমথম্রে—অনৌব বুট মখোন অমুক মাইকত্ত অমুক লৈখিদ্রব বীর শহীদ কোঙ্গরেঙ্গি ফাঁসি তৌফম মপাদ

সলাম কৎপিগনি—পাখঙ্গমচাগি খোস্থাংদ রুক জ্জা—এক দো—সলাম কর—এক দো আগে বর—চীংম্নাঙ্গী অজি থক থক নিকপ-গুম নিল্লি। হুপীগি থুম্নব হৌরব খোঞ্জেন্ন 'রুক জ্জা'—এক দো—সলাম কর·········অমূক খংচৌক চীকথ্রে।

গ্রেতা গার্বো মাল্লকদোবী লৈশাবী মচা অম শীং পুনব সম অরম্ব মহুংদ শীংজং মচা অম য়াওব অম নাকন্দ য়াল্লহ্নন চীংলম্বী অসিদ লাকলি। মখোঙ খূজেং য়োব ফাওব চীঙ্গি লয়ঙাঙ লমখোম তয়। মঙোম্দদি পীকতক তৌরব ফনেক অমম্ব হীগোক মচুগি অম খোঙ্গৈগা ওইন শেৎলি। মখা ফিবান্দ হুইমূক শাংন শেগাঙ্গৈবন মওঙ চুম্নব ওঙ্গৈগী থুবোম মরক মরক্ত উরি। চিন্তক তৌব লৈ চাওন চাওন য়েকপ পাম্বোম মরু পোঙথৎপী হুপী ফুরিৎ হাপ নঙ্গন শেগাঙ্গৈবব অম জিংলি। থাও তয়দবন ফরা ফরাবব মশম অহু চেৎন পুম্সিন্বন মওঙদি তারি। লম হেন্দুন হাইদোরকপ শম্না কয়া চূবা অহুগ লাইবক মচী মচীদ হুমাং কংশিল্লকপন ফাজিল্লি। মথূক্ত য়াইপল চরোং অম পাঙ্গৈরি। অস্তুম চঙ্-শিল্লক্তুন উয়ুং অকঙব তূরিবহুগি মনাক্ত লেপ্লে। রাখল অমদ লুপলি মচৌন্দ শোল্লি 'কয়াক্‌ম রীংকফা অপম ঈ ম ফাল্' খোন্থাং ওইন 'কযাদ হুঙাইথ্রব লম ঈমফাল' হায়ন চীংমায়দ য়য়ররি—ঙহাক লৈরগ নৌরব হুপীগি খোঞ্জেল অম ময়েক শেংন ঈশে শক্লক্লি

য়াইপল ও ঈতারোই—চীংমায় থুংনা শাৎপদি

হাঁঙোল পুক্লিং খোঙ্গৈরাংঙি ও খোঙ্গৈরাংঙি দ

**টম্মিলা**

নতারোই হানৌরক্ক— শাইদাংল্লুবী ঈতা-ও
হানৌ মশুং লাঙ্গি— কাওরেন খোংদোইরকপ
কাওরেন মান নেৎপদ— ঈতা য়াইবী কেম্বদি
নীঙোল পুক্লিং খোঙ্গৈরাংঙি ও খোঙ্গৈরাংঙি দ
কারাম চাউব কাওরেন ও হানৌ চাজৌ নচীঞ্জাক্লি
ঈতা মাবু শোকপদি তোল্লবীনি লোৌবদি
থমোয় চয়রাপ্ লিংদবর হুংশি ৱারক তমদবর
নীঙোল পুক্লিং খোঙ্গৈরাংঙি ও খোঙ্গৈরাংঙি দ
লৈরাং মাগি দোশ নত্তে
হানৌ মাগি দোশ নত্তে
কাওরেন নঙ্গি দোশ নিনে

ঈশৈ লেপথোকখ্রে লৈশাবী মচা মথুত্তুগি লৈ হুন্দোকখ্রে। মথুত্ত মতীন থাক্লুন শীংজং পায়খৎলে তুরিব উযূ'গি অপিকপ মশা য়েং'ডুন ককথব হৌরি। য়েম্বা খোঞ্জেন ওক চীক্ল-খোন মরক মরকত তারী। হুমিদাংৱাইরমগি ফেল্লব মঙান তারি লম্লব হৈঁ—হৈঁ নাহেবগি মখোন তারক্লি। লৈশাবী শীংজং থমজুন চপ লেপখ্রে। খোঞ্জেন অদোমদ মমাঙ্গৈ হৱাওন ওন্সিনখ্রি। হুমিংকী মশেক মরক্ত হীংচাবগুম মুশুক মুন তাঙ্খুল অহল ৱাং চাওরব অসি চঙশিল্লকই। মশম—য়েম্বামকোক শমককনি মনা লাওনা হুৎমন্বন কা হেন্না চোম্থরি, নীংগ্রৌ শেৎলি হাওফি অমম্ব অম থূপ্লগ মরেংবান্দ য়াল্লি। চয়শু অশাংব অম শুরি। নকশিন্থক্লবদ মশা হুমাংন চোৎপন ঈৱং লংলি। নীংগ্রীগি মচী

অমদগি চেন য়োমলিব চেঙপাক চিনি থর লৈশাবীসিদ পীগদৌরি অহল অসিগি চীম্বান মথক থংব কা হেম্ন চাউরে। লৈশাবী—অহল অসিদ চীংনন য়েংলগ 'ঈরি ফচোন থুইকা হায়'লা' "ঐগি ফি পুরক্লত্র" হংলকলি। মানদি মৈতৈরোন ঙাঙ্থি। তাংখুল মরোল হান্ন থোম্থাঙ ওইন চৎথি। অহলন খুম্মি— 'ঈচা নুপী ঈশ্বরগি লীলানি নঙ ঐগি পাপন ওইরমাল্লে; ঈপাদ ফিগি রা হংলক্লগনু সেঃ চেংপাক চিনি থর নঙ্গি পুরক্লি' লৈশাবীন মতু লৌই হায়রকই 'হয়েংদি লৌ লোইবগি কুম্মযনি ঐগি অফব ফি অমত্তসু লৈত্রে হাঁই পাব নচীম্বান্দু কৈদৌরে? নয়াদি—?'

অহল মচা নুপীদ মুন্ন য়েংছুন লোম্থাংনন "টমিলা" কৌরি। টমিলা মপাদ মুন্ন য়েংলগ 'পাব, ঐগি পাপননি নহাক্কিদি ফুরিৎ অমা ফাওব লৈত্রেগ কম্বিগি ঐতন অফব কি লেৎনিংলিব?' অহল তপ্ন ঙাঙলি—থূনীং অসি কায়খন লম্বী চৎপ ঙমত্রে থোঈদিঙ অদুম্বু লুমদ্রে ঐ······ন কঈথেল য়োবদদি য়াম্ন থেংত্রে—মঙাইগি য়ুমদ হোদোক্লুবসু অহীং অপেঙব ওইবনরা তাদ্রে কয়থেল শঙ অমদ কাঙ চীকপ্রব অহীং অচু লেম্ব তারত্নন রারিঙৈ মতাঙ অতুদ নুপা অহুম মন্নীরোম চঙশিল্লক্লগ ঐগি সম্ থোইদিং পীক থম্ন য়াওবতু তাপ্ হেক্ত পুখ্রে। ঐন লাউব মতমদ করিনো অমন মাইন্ন হেক্ত থাজিল্লকই। মহোই অনী অহুম্ন ঐঙোন্দ পঙফুদ ফুজীল্লবই, ঐন লাউবতু 'মী হাৎলে মী হাৎলে' কনাসু তাদেনে—ঐবু ফুব মীশিংতু মশক থঙত্রে 'কনামত থোরক্লতু ঐ—ঐনি নঙক কক্কনি' কক্ষা লাওনব ফাওবদি ঐ নিংশিংব

থোকই—ওস্থোকপনি—নঙন খুজী লয়নব শিকি অম পিরকপত্নন ঈপান অয়ুক্ত চেংপাক খর চিনি খর লয়রগ মতু চাহুন ঈপা হল্লক্লে।' টমিলা মখা চীকই মথুত্তগি চেঙপাক লয়বাক্ত তপ্প থম্মি মপী তৈথোক তৈথোক্ত সম মঙ্গুংদ শীংজং হাপচিল্লগ সম, মনমদ পোখৎলি। মমাঈদি খক হাইগল্রে। মপাবু মথুত্ত পায়হুন চীংলগ 'পাব ঐখোইগি য়েন্বী মরুম কোকলে ঐন নহাক্কী য়েরুম ঙন্বীরম্মি চাক চারুরসি' মপা—টম্মি চেঙ্‌পাক কাউরম্লেনে। টম্মি—কয়থেন্দ থোকপ অচাপোৎ চাব ফত্তে লৈজহৌরসন্নু—মপা—পাম্মুইনে টমিল্লা। টম্মি—অচুম্বনি পাব ঐন ক্লাস সিক্স তমখৎলকপদ থেংনৈ। কউবু কাউরে হকশেল কাঙলোন হায়ব্রা অ··· মহীক... জার্ম···

টমিলা মপাবু থূজেং পাঈহুন চিংহুনা খুল্লোমদ চৎখ্রে। খঙহৌদন চীংমায় অহু লয়চীন্ন পুম্মম মমখ্রে অস্থম অহীং ওইরক্লি। নোং তারি নোংথাং কূপ্লি। ব্রজ তারি। নোং লৎলে। য়াম্নদি মমলে। তরং অমন্ব মচা অম খূদৈন ময়াঈদ লাক্লগ পুব নূপা অম য়াম্ন চোকথন লম্বী অসিদ লাক্লি। থোঙ্‌প অমন্ব জোরা অমস্থ মথূৎন পায়রি। মথোঙ থোঙ্‌প উপত্রে থোঙ্গ্রাও নামন চোইস্থে নামনখর তাখৎলি। ফিরোল পূমচোৎ চোৎলে। উয়ূং তুব মপা অহুদ নাস্থূহুন য়াম্ন ঠিন তুই। হৌগল্রে। অহুম ফম্লগ সোর শাংন হোল্লি।

নাস্থ্ব মপাহুদ কোঈমা মারগ পোৎ অম খুল্লি। মনম নম্মি হায়রকই 'ইস্‌ হয়তুপ অশঙবনিনে।' মতু ফুরিত্ত

তয়থোক্লগ প্রোক প্রোক শায়ন্তুন চাথোকই। নোংথাং কুপ্লকপদ মান শোল্লি 'ঈস্ কাকফয়নি– ফিরোলসি ঈ ঙাক্ত।' মা মাহুন কাকফম্ন লৌথোকলি। অহুদগি মা মাহুন হয়তুপ অশঙব তাব্রা থিরি। মনাক্ত তারিব তরং চিংশিন্দুন মোন খাঙলে। লয়খোম মরক্ত শোরক ময়াইদ তুমথগ্রে। মকোক খংথাং থাঙ্গৎলি 'ঈস চেঙপাক অতীংব মনমনিনে'। থাবল খংফ ফদোরকই। পুম্নমক ঈঙান ঙাল্লে। চেঙপাক তারিবহু থুনগংলি। থোক থোক হুকচিন্দূন চায়। চাব খংলেপ লেপ্পি, শোল্লি 'মঙলনে? ঈমা! ...তরুবী! শিরিব ঐন কিরিব? নূপী নূপা পুন্ন থোঞ্জেল অমত্ত ওইন ঈশৈ শকপ তারকলি 'কশোক শোক ওৎ চাইকোরলি উক মথনং আলু অং কচিদ পুং কচিদ ররেন য়েংমিরে' তরং থাংজৎলে নূপামচা নোকক্ফেং ত্তৌন ঈশৈ শব্লকপ মাঙ্গৈকে অদোমদ চৎগ্রে মথোঙ শেক্ল শেক্ল।

য়াইপল হৌব চীংমায় অসিদগি য়াইপল মপাল হেকপ নূপামচা মাগি ছাত্র অম লোঈনন লাক্লি। নূপামচা সম অম পুরি। ছাত্র নোকই। শোরোক ময়াইদ লেপ্তুন নূপামচান হাঈরকই 'হোরমী! কদোমদ কারগা—সোমদন ফনি।' হোরমী-ওজা' সোমগি অসিদনি খর য়াম্ন শাৎলি সোমদ! নূপামচা— ও, চুম্মিনহে। লম্বী অসিদ জীপ অম কন্ন খোরকই। জীপ অতুদগি নূপা অমন 'পামচা নঙ্গি চিঠি' হায়তুন খবর অমগ চিঠি অমগ থাদরম্মি। জীপ চৎথিবগি লয়খোম চায়থোরকপ ভাক্তব সম্ন ময়াঈদ খল্লম্বদগি নূপামচা সম লংথোকখ্রে খবরতু খুল্লগ পারি। ক্রীপসোল থাবা শূ অমম্ব অম 'ভোংলি ইঞ্চি ১৯' লাওবা খোংগ্রোও রাওরি রাওরিব অম শেৎলি। মোজাফুরিৎ তী শার্ট অম লয়খোম ঈচ চুন লিংলি। মানা 'ঐগি নম্বর য়াওদ্রে' হায়ন খরব অতু লংথোকই। হোরমী, খোংগ্রোও হাপ শেৎপ মোজাফুরিৎ লিংপ অভাঙ, চেঙ্গিল্লক্তুন 'ওজাগি নম্বর কয়ানো?' নূপামচান 'টু জিরো রান থার্দ দিভিজন্দ য়াওদ্রে লোইরে' হায়ন মরাঈবক্ত তারকপ হুমাং তয়খোকলি। হোরমী নোক্তুন 'ফারস্ত দিভিজন্দ য়াওরে ওজা।' নূপামচা 'ফাগিরা?' নূপামচা চিঠি হাংদোকলম্বন মাগি

রিজলত খঙলক্লে হায়রকই হোরমী, য়ায়পল প্রোগ্রাম কেন্সেল ; য়েন থিরুরো—ঐ হযেংনক ঈম্ফাল চৎকনি

হোরমীন 'অছুদি ওজা হল্লাস' হায়রকপদ, নূ মচা চীংনায—রোমন মমাঙ্গী ওন্সিনগ্রে। মমাঙ্গ মনা ভাংশং ভাংলকলে শোল্লকই 'লাযেকা'। মসি উবদ হোরমী 'ওজা কৈদৌরে ?' হংলি। নূপা-মচান 'হোরমী কেও তৌদে লাকও হল্লসি' হাযত্থুনা মরু লূকপন কুপ্লিংখাওদগি লুমাল শত্তোক্লগ মমাঙ্গী হস্তগুমতোন চৎখ্রে। লুমাল লৌথোকপদ চিঠি তাগৌরে হায়ব হোরমীন ডরে। মত্থ খূল্লগ নংম লোন্ন পারি 'ঐ নঙ্গি থাব ভমদ্রব পাউ অসি ভসিদি নঙ্গি ফাষ্ট দিভিজন্দ পাস তৌবগি সুভাহরব পাউ সগ লোইশান থাব ফংলে। লায়েকা নভন চৎখিব মুমিৎনক্ত চেনখি লুহোংগ্রে, মান পামজবা নূপাদ। অপাম্বি নঙ্গি ওইগৌদ্রবস্ত মভোম্দহ হেন্ন অম ঈবানি খন্নস ইম্ফালদ লাকও ! দেবেন।'

হোরমী চিঠি থুপচল্লে। খোঙকাপ অম অনি থাংব হৌবমক্কে নূপামচা চল্লক্তুন হোরমীবগি চিঠি মুল্লি হঙিঙ-'নঙ পারুরব্রা ?' হোরমী কিরত্থুন ওন্ন তৈন খুম্মি, মঙক্ত হায। নূপামচা, সম পোরিব হোরমী মপাম্বোমদ পায়রন চৎমিন্নরি হায়রি-হোরমী লাযেকা অর্থ খঙলব্রা ! খঙলবদি মত্থ থক হায়দোক্কনু মত্থ নচীন্দগি হেক শম্মোকপদ ঐ অসি বয়ামুক হীংচা য়াইতস্বগে নঙ খঙগনি (মরু লুকথরি, মখা কৈরেং য়ুরেং চিংলি) ঐ ইম্ফাল চৎলরোহ সুকচৎ চৎলরোহ।

মী হাঙলব চীংমায় অসি খুন্দগি নহারোন কয়ানা কুম্ময় শান্নবগি ঈশৈ, পুঙমথোন্ন নিল্লি। তুঙ তুঙ হায়ব তাল অচ্ছদ

শক্লকলি 'থরগিদ নন জীশুলি 'শিংশংলা য়াউশি ঐন যিয়াওমি, হয়েরলা আউই লূখমসনলি···' মখোল অসুম অসুম লাপথোকই।

উযূং তুরিব অসিদ হান্নগিগুম্ম শেং চারত্নন টম্মিল্লা শীং থিব লাকাল। শীংজং পায়ত্নন অতম থরাঈ শুডাইতন লেপলি— মতাঙ অসিদ নুপামচা মাগি হান্নগি চিজেং অতগি মথক্ত মখাঙদ শাল অমন খাংচেং লাক্লত্নন মরু লূকথন তপ্প তপ্প চঙুল্লি। তুমীম্ন চঙলকলিব নুপামচা, টম্মিন তাঃ খঙলকলে। 'ওজা ইম্ফাল চেনগেরা? হুমিং তা হৈবেনে'—'হৈঃ কূম্ময় য়েংগদৌবিনিনে ফি বা পুরিসিনি হুংদাং ফাওব হল্লোইদোরি'—'অদ, কূম্ময়্নদি অসোং মদ সিদ ইম্ফাল তাব লম্বিনি'— 'অংই, টম্মি! ঐ সিদ কৈদো লাকলম্মিনো'— 'কনা খঙনি, ওজাদি চবাঙদ লাকপনি লম্বী খঙদ্রব্র'— 'হঃ হঃ অহুগ টনিলা নঙদি কূম্ময় কেদৌন য়াওদে: টম্মি, নঙ কুবিংকাত্নদি শেগাইরেদ'— 'ফি রোল লয়ব নংতৌব্রে ওজা' —করিগুম্ব নমা নৈরম্নবদি নংনব তোংনবমগনি, সেঃ ঐগি শালশি লোজবো. শিঃ ইল্লগ হেক্ত য়াওরু।'

টম্মি শাল লৌগে তৌবদগি তোকথোকপ।

'ওজা ঐ লৌররৌঈ অতৈদগি রাঈবগ য়াওরুগে'— 'নঙ ঐবু কত্তব ভাব অম পুরে, ঐস্থ নংগুম্ন লাঈরব ইমুংদগি লাকলি'—'মত্ন নত্তে ওজা ঐ চংলগে' (সম অহাঙব শীংজং পায়খত্তুন চংখ্রি)— 'টম্মি! ঐগি অশেংব রাথল অসিবু নঙন ইকাইব পিরে।' ফরে নঙন লৌবিত্রব ফি অসি ময় থাদোয়গে।'

নুপামচা শাল লয়বাক্ত থাদরগ ময়খেং খেত্তুন চুবমক্ত টম্মি, চেম্মিল্লক্তুন মথুংন ময়খেং অচাকপত্ন মুথংপ। নুপামচা শাল

অদু টম্মিদ ইয়ী। 'নবুঙ লৈজদবনিন মবুঙগি স্নুংশিব মশক থঙদমাল্লে অঙাওবী' হায়ন নূপামচা মোমোন নোকই। টম্মিলা 'চৎ~গে' হায়রম্মগ চেনখ্রে। অরাপ্পদগি 'ওক্সা সোমদ লাকউ মাচ্চিং যাওরুসে' লাউবম্মি। নূপামচান থম্মি চৎলম্মো ঐ ঙহাক লৈরগ লাক্কে।

নূপামচা উনা অহুন মরী থৎলগ লম্মী অকঙব মক্ষম অমদ মদু থাবগ ফম্মি। মমিৎ কিক্স কিক্স য়েংলগ মী লৈতবই থুদোং-চাব লোদুন মতোমঙ ঙাংঙকই— লাযেকাগি মযেক লারব নোংবান। ইম্ফাল চংখোদনা! মাইল য়াঙ্খেদনি গাড়ী ফাওদে সিনেমা সেকেন্দ শো নঙ্খিনি—নমা লয়বাকলৈ, নচন তরুবী, তরারক শেপ্প নংভি মধুবালা দিলিপ চরা হেন্নীকো! (থনুঙদ থৌক থৌক নোকই) ফুক হৌগৎলগ মনা চুম্ব উশা চবুন অম হেকলুরি। মদু থারি। নুপামচা উনাগি ফমুংঙদ লোংন হিপলি।

টম্মিগি মপা ওঙৈন শাল অথুপ্প অম পায় য়েংন তা পায় নুপা-মচা তম্ন হোৎচিল্লকই। শাল অদুন নূপামচাগি মমায়দ লংশিল্লগ মথুৎ অনৌন তা পাযতুন নূপামচাগি থবাক্তম্ন থিল্লি। নূপামচা অথুপ্প শাল অদু থাতুন মথুৎ অনৌন তাঙ্গৌল তাপ ফারগ থুন য়াঙন কাউ-থৎখ্রে। মখোঙ অনী হাইগৎলক্তুনা তা পায়রিব টম্মি মপাগি মথুৎ অনৌ থঙহৌদন নূপামচা মুল্লিব তা অদু পায়দুন ফিভম চুম্ন লেপ্লে। অদুবু তাঙ্খল পাথঙ কয়ান কোয়শিনখ্রে। টম্মি মপা শাউবন ঈ-কারে— 'মৈতৈ— ঐবু হাৎলু হাৎলু' অপঙব ঐবু ওৎপসি হাকমল্লে ঐ হাৎলো। লূপা ৩০০ গি শল লয়দুন পুথৎচয়

নখোঙৈন থানা শাশিন্নতুন মুনবীহৌরে। পোৎচয় যোম্ব চৎচে খু থকচিল্লগ ফুদস্তুন হেক মুনবী। হোজীক ঈচা টম্মিনসু—'ঐবু হাংলুনে।' বন্ন লাটাব। নপামচা তা থবাম ৮০ পায মাবু কোয়শিল্লব মী ময়ামত্তু অমমমদ চাদোঙুম যেংলি—খবন বাক্তবল পায, খরন তা মচা পায় খবন থাঙ মচা পায, খবন বোঙ্গ পাঙ্গ মরদি ঈপাঙ্গ পাযদে। তাঙ্খুল অম. ৩ং তাযবনত—'ওজা ঐখোই টম্মিগী মপাবু শাম্ব লাকপ—এখোংগি স্কুল মাসি ড়ুখিন লিংনবগিদমক ঐখোই অরাব, ঈ কানব কয়া থাঙক। মীতৈ ওজা অমন ফন ওৎলব ফাওব ঐ: ৩ন স্কু গি—১.গি নদনাম থোকহন্দব—হঙন, অমত্তু ওহন, ধর্ম্মন যাব মওংদ রাথোক লোহশিন্নিংব। ঐখোহ ময়াম লাকপসে ওজাব মাঙনব লাকপ নত্তে—ওজা কন্নব লাকপ স্কুল কন্নব লাকপ, হৌবনিব অথাঙ-শিংগি যাযফনব তা অত ঐ/ভ্রান্দ তমুক্ত—। 'নূপামচা তা পিথোকই। মান হংই—টম্মিনব নাখাংদ ববি মাফন তন্ন গে,' মাব অাঙাওবীবনে? অমনা থুম্মি—মাদি ওজান তাক্লকপ অতদমক থুম্মি—ফত্তব কৈঙ্গু তোনদে চুম্ন শাল পীবনি। অমন—'চানিঙাই কৈতন নংলব ওজান লূপা ৪০ ৫০ গি শাল লেম্ন টম্মিদ লেম্ন হেক্ত পীব।' তমন শাটন— 'লূহশোম, মীগি নংব ঈনাক খুম্ন পানগত্তু, নখৌ কৈনতে, ( নপামচাদ ) ওজা অস্তুন তোব, মযামগি কুম্ময যাউদন টম্মিন ওজাগ নফম অচীকপন্দিদ উনবম্ব অসি থুম্ন থন্নবদ ওজাগি মথত্ত লূপা চনি ফাইন, টম্মিগি মথক্ত লূপা ৮০গি ওক কোংব ভারি। টম্মিবু চর্চ্চতগি একসপেন্।

নূপামচা—'চুম্মাম্লে ; ঐন লূপা ২৮০ পীহুন টম্মিগি ৱাকোংহু ককপ য়াবোহজ্র ?'

থন্নন—য়াই, ফযন—, মরীল লৈ, অচুম্ব ঙাংঙি, ওজাগি থা অহুম তলবতু হেক ককশিন্নৱগে—চেপ্লোই মযতৈ ওজাসিদি চেপ্লোহু লীন্দা লৈবজাংনি।

মযাম লোইনমক থুন তম্ন চংনখ্রে। লূইশোমদি নারোন্দ লৈথহৌত্নন নূপামচান থান্নন হীপ্লঙ্ব উনাগী ফমুং অত্নদ মুন্ন য়েংলী। মহাক মশা ফব পাথংনি ক্রীপসোল খোঙূপ অহন্ব তোংলি শামতু মোজা অথাব কাস্নু উপ্পী খোংগ্রাও ইঞ্চ ১৮" লাউব অকৌব অম শেংলি বর্ম্মাগি জেকেৎ লিংলি। মঙক্ত ক্ষান অঙাঙব সিল্মী অন কিবি। ওইথংব চৃবাদ থাঙকমগুম খেগাইব মফমগুম—মযেক শান উবি। মশিন মাবু মশক খঙব লাঙ্গইল্লি। মথঙদ মশা নাপ্ নাপ্ লাউব লূইশোনগি ফিজেৎক হাযবপ মান্নব পাখঙ অমস্নু লযথবক্তুন —'লূহশোম, তাওশোম, চংশিনে' কৌবন্মি। লূইশোন মঙোন্দ চঙলিল্লকই হাযবি 'তাওখাই—টম্মিলান উশাশিংশি হেক্তুন ওজাদ ফিদা থাবমগজ্র ? মাদি ঙরাঙদ লাকপ মযতেনি উনা হেল্লগ থান্নন যম্ব তৌবম্মোই তল্লমগনি' অথাইন (সংবৈথাইন) খুম্মি—খুন্দা পাওদি নঙন তম্নবগ ঐন করি খঙগনি নঙ উহৌহ হাযদাঙ্গনে। অহুবু ওজাসি টম্মিবু কযা পামদন উহ, মান লোবোইদমাল্লে টম্মিসি মাঙব তারে তাওশোম।' লূহশোম্ন খুম্মি 'ঈপোংনি মৈতৈন হুন্দোক-লম্নবস্নু মাঙব য়াদে ঐন লৌস্নু ঙাহ।' অথাইন—'মানদি পাম্বিদন!

খুজীন মফমদো কোকত্রিয়ে' অসোম্ন—'উপায় লৈরক্তু বদি শোয়দন ঐঙোন্দ য়াগনি' অখাইন মৌ লৌরোই'ন পোঙম্ব নঙন চোপথরেদ নঙ্গি নতৌসি ঐ চিংনরক্লে—ওজান লৌরম্মগ হুন্দোন্নম্ব সোমিলা-সিদি কৈদৌন লৌদে ? লুইশোম্ন—'হোইনহে অখাই সোমিলাস্থু নঙ লৌরোনে।' অখাইন—'নঙন হেক্ত য়েল্লো. নূপীশি হুইনাও মচাশুম্বনি নত্রা ? দং নঙ্গুম্বন রিপোর্টব যম বাস্ত লয়বসাই। অখাই, পয়রম্মগ হুৎ হাইদোক্তুন চৎখি। মতম অসিদ ঈম্ফল-লোমদগি মোতোর সাইকল থৌগৎলকপগি মখোন তাবকলি। অসোম মতু ঙাইহুন লৈহৌই। লাকলিবা সাইক্লিস্ত অতু লুইশোমগ ন্না খর মী তারোইদবা মওঙদা ঙাঙনৈ। পেন দাইরি পুথোক্লগ করি করি খর থোৎখ্রি। মোতোর সাইকল তোংলগ 'বাহ বাই' লাউরহুনা অহুক হনখ্রে। (অপঙবা মতুশোনব মবুক ফবশিংবু মমিত্ত লৌশিংগি উৎ চাইশিন্দুন মরন মথুম মুল্লগ ঐ হুঙাইনব হোৎনব—ঐন তম্বিবহুন মমৈদ মখোইস্থু ঐগুম্না শিংজবকপ'—'এ' ফওব কবিস্থ তৌদে মীওইবগি নিতি থবক্ত শিন্দোকপদনি' হন্ন হন্ন নূপান অমুক, নূপীন অমুক লাউরকলি— ) লুইশোম নোকফেৎ তৌবি মী খঙগনি হায়ন চিংনরহুন হায়রকই— ন্নাই শুদ আই নোৎ সেটিসফাই মিসেলফ টেকিং ফুল ফদরাস্তেজ্ঞ ওফ দি পোর, দিন্নিক, এন্ দি ওনেস্ত।

---

৪

থুনগি চিদাইদ শাব উচান উপাক্কী য়ুম ইন কুপ্প অমনি মাঙ্গোন মচা অম লৈ মচুদ চৌঙ্গি উকাল অমদা নুপামচা ফম্মি, কোলোম পায়রি মোরা অমদ C5 থম্মি। চিঠি ইরি— মা খুরুম অথাব তাইরেনগি অম তোংলি, হাপ পেস্ত অমতমক শেৎলি। মাগি নৌনা তীক তীক লাউন ফজরব মশা উতু ময়েক লান উরি। মশম তেস্তক ককই। কল্লকনিঙাইনি। হোরমি ঈমূংদই সম অম পোরত্নন 'ওঙ্গা হোরুগে' হাযরম্মগ চৎখি। নুপা মচান য়েংথোরকই, লাউরকই 'হোরমী হঙুবীতুগি যুমদগি চেঙ খাঈরুঙুঃ 'থুম্মকই' ওজা য়ুন খুদিঙদগি খাঈগদবনি 'মান' খায়রুঙু খায়রে হেক্ত হায়যু ( ফুক হোগৎলগ থিন্দুন তাকই ) অতুদৈ খাযব হৌ—মাই কমান্দ—অফং অফং চৌকপ কাকফয় নত্তে—ঐ লোকতাক্কি ঈরোই তিম্ফানি ( য়ুম মনাক্ত লাপতক্লা তারিব ইরোই মচী ময়াম, শণ কংকোক শক্ক মুন্ন য়েংলি) হৈন শিজিম্নৌ অপোম অতঙ্গি ঈনাই চুপথোকপিগে নল্লবদি ঈ চুপকনি ঈ ··· ··· ··· তাম্ভুল পাখঙ নাপ নাপ লাউব অম চঙলকই খোঙ্গাও থুকউ শেগায়ব ফুরিৎ শেগাঈব শেৎচারি খোঙূপ তোংদে, থাঙজৌ অশাংব অম পাঈ।

টমিলা

গুমাণ্ডদ লেপ্লগ হায়রকই 'ওজা মুক্না শান্নসি' নুপা মচা ঙহাক য়েংলগা 'শান্নশি' হায়ন থোরকলি পাখঙ থাঙ থম্মে ফিভম তান লেপ্লে। ওজা ফিভম তান লেপলে— হেক পায়নবগ নুপা মচা লোংন 'ঈক্' হায়ন তুরে— ফুক হৌগতুন অমুক্ক শান্নি হাযরি পাখংঃ— 'ওজা, কাংন্নোই ঐ লৌ চৎলগে, ফুমিদাংরাই ঐ তম্বিগে।' থাঙ লেংথোং নাখতুনা চৎখ্রে ওজা নোকমি নোকমি তৌন কোয়েঙ য়েংলি। টম্মি শম চেৎন পুন, কোক্ত তেক অম পু, সমদন চফু অমা য়াও, খুত্তন ঈশিং তুম্বা অচৌব অম য়ান, ওজাবু ঈশিং থানব ঙাইরম্মি। ওজা—নঙ্গি পালি তাবোইরে হায়ন মকোক্তুগি ঈশিংড় থাই। টম্মি ঈশিংদু ঈমুংদ পুশিল্লি। ওজা চিঠি ইব ফমথরি হংল্লি, 'টম্মি মক্না য়েংব কুডাংব্র?' টমিলা নোকফেৎ তৌবম্মগ সম অংাঙবত্ত পুংনা চংখি।

ওজা 'ঈকাইবিদে' হাযন মাগি ইরিব চিঠি অড্দা য়েংলি, অড্দাগি লৌখতুন পাথোকই 'দিযার দেবেন, ঐগি ফংহৌব্রব লায়েকাগি মফমদ নোংবাঞ্জলী কচ্চরি — তোক্লসি তোকঙমগে, কাউবসি কালঙমদে, ফুংশিরোই ময়াদে; ফুংশিরকউ মম্মাদে, থা থাগি দম্পি নতেনে নোংবান কৌব দম্পিসি

থীনা চৈ ঈকায়দে, ফাদোপ তানি কিরক্তে,
মীন ফুয় নাদেদো, কয়থেন শম্মু মানদ্রেদো?
মোইরাং নোংবান অথোব, নচন করম খঙম্ব?
ঈম্ফাল নোবান লাঈরব, ঐন করম থাঙদোব?

মসি পারিঙৈ, লৈশাবী অনী সম অম'মদ শীং পুম্নকই।

শীং পোপ পোপ থাদরগা অমুক চৎখি। থূনগি অহল অনী অহুম হুমাং তান শোর ফী ফী হোন্দুনা চেল্লকলি 'অভাং নূবী হন্দোকউ লোৎখ্রো সিফাই য়াম্না লাকলে' তুমীন তুমীন লাউরি। আর্ম পূলীস অনী অহুম ইন্নহুন, নোংময় পায়দব ওফিসার অম টুপীন হুমাই হুমলহুন চওলকই, 'গিরা মৈতৈ ওজা হায়বদো' হংই। নূপামচা—'মানী হোয়' 'ও: ওগাগিসিদ ঐখোয ভহাক্তং পোথ-জগে' 'ফনা' (ওজা মোরা পীর, ওফিসার লৌহুন ফম্মি) 'থেঙ্কযু ঈশিং অশেংবা খিত্ত'—(হাও অমন ঈমু'দগি মগ্ অমদ ঈশিং পূথোক্তুন পিবি—থকই) পূলীস ময়াম ঈকোয কোয়ন লেপলি, মী তাপ্তোকখ্রি। অথ যনু মথু° পুল্লহুন পূলীস মরীন পুনকলি। ওফিসার. ওজাবু য়েংলগ 'ওজা নীশিংশি থেম্বদ য়াদ্রবানিন, শা চাগুম খর লাক্লব দরকার লেরে, (ফুরিৎ খাওদগি চে অম পুথোক্তুন পানিন্নে) 'হতিজ রিলায়বল সোবস্—দো রিপিতেদ এপ্রোচ হজ বান মেদ, মিষ্টর সংরৈখাই-দজ নোং সরেন্দর হীজ জানীজ রাইফল' ওজাদি ভরাং নগান্দ লাক্লিব ওহরনাগ্নে!'—'হোয়, ঐ মসি কয়া মুন্ন খভদে।' ওফিসার তপ্প হায়রকই 'হি রিল হেরদ মোস্ত অনহেপ্পী লেসন, অম সোরী, (নূপামচাদ) হৎস ওলনী টু টীচ্ ঈন সমথিং টু দীজ প্রিমিতিব হদস'

নূপামচা অথাইদ হায়রকই— 'রাইফলহুবু কৈদোননি পীথোকখ্রোব!' মান থূম্মি— 'ওজা, ঐগি নোংময় নৈতেনে' মসি হায়রমক্তদ পুলীস অগন মমাইদ নোংমরন কুঙ্গীল্লি, লাউই

টমিলা।

'মচিম্বু থিরিনে!' (অখায়ইগি মখয়াত্তুগি ঈ জর জর তারি) ওফিসার, 'অখাইসিবু থুল্লাকপ নঙন জেলদ থম্লিংলব্রা নোংময়ত্থু নঙনসু পুথোরকলগ পীব য়াইনে' অহল অমদা, 'বাবু মান নোংময় লোৎপশি ঐদি খঙজদে থেংনজদে' ওফিসার— 'মসিসু পুল্লু— (পূলীস অনিন অহল অত্থু তাপ হেক্ত পুল্লি) অখাই নঙন লোৎলিব রাইফল অসি ঐন থিত্থুনা ফংলকপ তারবদি নঙ্গি নোংমৈই কাপনিঙলব নথুৎ য়েৎ অত্থু মীযাম মমাঙদ ককপ তারে' মান থুম্মি— ফগনি ঐগিদি লৈজদব তশেংবনি বাবু।

ওফিসার— (লুইশোমগি মনাক্ত ফম্ব পাখঙ অমদ) হায় 'নোংময় লোৎপ য়াব মপাত্থু নঙ তাকউ!' পাখঙ— 'ঐদি খংজদে।' ওফিসার (লুইশোম মখোই অনীদ) — 'নখোঈনি চৎলু পূলীস অনী অমসু চংলু নোংময় লোৎপা থাজব মফম মফমদ য়েংলুচো' (মখোই চৎখিব) অমাইদ 'হৌজিক নোংময়সু কংহৌরোই, নশাগু চহি অহুম জেল তাগদৌরি, বুত্থু!' অহল অহুম মরী তুমীন তুমীন রা ঙাংনরকই। মরু লুকথন অতৈ পুম্নমক ফম্মি। ঈমুংদগি অঙাং কপ্লকপ, মমান থেম্ব, মখোন তারি থুৎনমদ তেনজয় অম থুম্ন য়ুংলত্থুন চেন্সিল্লকলি লুইশোম অহল অহুম মবীত্থন ফুক হোত্তুন তুথরক্লব লুইশোম্বু কোনখৎলি লাউরকই 'ত্থ তয়বনি, মথুৎসি কক্ত্রবদি শিরনি, থুরো! থুরো!' (থাঙ লৌরুরি) 'ঈচাগি মথরাইদদি কল্লু' 'মপান ককউরাও' ঐ ঙম্মোই' 'ঐ ঙম্মোয় ঈচাগি থরাইদ, অহীক অহীক' (ময়াম পূমওন ওনশিন্ন) 'লেনগত্থু! দগ্ হেক্ত ককউ' 'আঃ আঃ আঃ

অখাই লাল্লে ঐ লাল্লে ; বাইবল, পাব-বাইবল অমত্তু ! ঐগি বাইবল !' নুপামচা মতূং ওস্থোকখি। ওফিসার 'গাড়িদ পুরো দাক্তরদ পুসি' হায়বদ অখাই ময়াম্ন পুথোকখ্রে। মফম অত্থদ ঈন পুমঙাঙ ঙাঙলি, অতৎপ থুবাক অমস্তু তেনজয়ন লেংথত্তুন ততেক ততেক তারি। সিফাই অনীন নোংময় অতেপ অছু পুরকলি। ওফিসার ওজাদ থুং শোকলি 'গুদ বাই ! লুইশোম মবাল লৈবে, অখাই ইন্নোসেন্ত, অত্থমকপু অখাই পূরুগে।' ময়াম লোযন চৎখ্রে। নূপামচা য়াম্ন নুঙাইতন "বাই বাই" হাযরি। ওফিসারগি ইঙ্গিং মতুংঈন্ন সিফাই অমন অতৎপ থুবাক, তেঙ্গে, গমশা অমন য়োমত্থন পুখ্রি। থংনব ইমুংদ মী ৱারী লোন্ন তারি 'অখাইন·········টম্মিলা·········মৈতৈ ওজা········· লুইশোম্ন খঙগ্রব ·· ··· ··· নোংমৈ থৈজিনব অখাই ফাব অং অং··· ··· ··· মীতৈ ওজা চেন্দব তেন্দুন··· ··· টম্মিলা ··· ··· ঙরাঙদ লাকপ ময়তৈই ওজা ··· ··· ·········'।

৫

(৫ শুবদ উৎপ য়ুমগি)

নুপামচা মাঙোন্দ ফক অমম্ব অমগি মথক্ত মোন অম থাঙ, হীপলী। ইয়ন্নী মকু ময়েক থোকপ ফি অম শুপলি তাঞ্জুলগি ফি অনী অহুম লোয় অমশু থূযা ওইন পৈরি। মযাম ইকোয় কোয়ন ফমলি। অমন ঙাঙলি 'ওজাগিসি মরাহনা ফজগ্রনি লোক লাইহোনী' অমন 'লাই হুংশিৎস্থ পকইদ' অমন 'মেলে রিয়ানি কেমোক্কীন চারগ হেক্ত ফনি' অমন 'ওজা এস্প্রোক্ত চারবর?' ওজান 'চারে' অমন 'খব ফরিনিদ' অমন 'অমাংব য়ৢখংপনিদ এনেমা তৌদিমখৈ ফরোই'

মতাঙ অসিদ খুল্লাকপন মাঙ থারতুন পাইতে ফাবমাসিস্ত অম চঙলক্লি। অহন অমন তুংদ লেদব বেগ অম পুবকপতু লোরে। নূপামচাগি মনাক্ত চঙতুন স্থেথোসকোপ থাগ্নন য়েংলি—মথবাক্ত পুপ পুপ ফূরি। মমীৎ ফাক্তুন য়েংলি। লৈ তেং-থোকহল্লি। হংলি 'কয়ানি সুরে?' খুল্লাকপ, 'হুমিৎ মরানি শুরে।' মান থবাক্ত নঙ্গন্দ য়েংলি। অতুদগী সেরিঞ্জ পুথাক্তুন হীদাক কাপ্পী। বেগতগি গুলী খর পীরি। হায়রকই—ওয়া, গুলী অসি নোংমদ অহুমল্ক চাসি' নুপামচা—ফনি, করি লাইনানো? দাক্তর— 'টাইফোদনি হজেং ঐন চৎলমদাইদ

ইঞ্জেকশন অমুক্ত পীজনি জাম্ম থুন ফম্মনি। হুংশা থিরুম্মু।'

ময়াম্ম— এঃ দাইফংনিদন! দাক্তর, থুল্লাকপদ 'অতৈন কদোমদ?' অহন অমন দাক্তর পুতুন চংখ্রে। থুল্লাকপ ওজাদ —ওজা, ফদি ফরনি হায়রি মুমদ পাও থাসিরা? নূপামচা তপ্প থুশ্মি—অসুম খর থাঙ্খিগে যাদ যাদ্রগ পাউ থাগে (ময়ামদ) 'ঐন নাবিবসি লোনগম্ব লায়নানি ময়াম ঈনাক্তে চঙবিদব ফয।' ময়াম অমমম হন্দোকখি। থুল্লাকপদি অতুম ফমহুন লৈবি হঙকই.— ওজা করিদি চানিঙ্ভি? ওজা—'করিমফাও চানিংদে; হহ চানিঙবদি চানিঙিঙ। থুল্লাকপ— 'ওজা হয়দি ধবগ চাশি খর থাঙশি— কনামত উদেদ কনাগী পালিনো ঙসিবু।' নূপামচা,— 'খঙদেনে, ঈশিংকাদি হোল্লম্মে, মশক হংহোদ্রে।' থুল্লাকপ— অতুদি ওজা ঐ ঙহাক লৈরগ লাক্কে, অসুম পোথারম্মু, মী থারক্কে।' চংখিব।

টম্মিলা প্লেট অমদ সেরুম অফংপ অচুমথক হাপ্পগ ওইন পাঈ, মনিল কারিব চা মগ অমগ পুবগ নূপামচাদ পীররি। নূপামচা মমিং ইকুং কুং, ময়াং ইকঙ কঙ, মচিম্নান ঈরাও রাও ফিভম শোক্ত হৌগংলগ য়েকুম অফংপ অম লৌরি। তঙ্খাই অম চৌক্লগ চানিঙদন চারি। টম্মি রা শুকঙাঙ ঙাঙদে। ওজাসু ঙাঙদে মান য়াম্ম রান য়োংলি। তঙ্খাই অমত্তু মুম্ন য়েংলম্বদগি চানিঙদবন হেনমম্বন হন্দোকখবে। ওজান খনাউ পম্ম মতো মাম্বতুনা টম্মিন 'ওজা চা সেঃ' হাযন মগ লাস্টিল্লি নূপামচা মথুং হাইরহুন 'নখোইগী চিনি য়াওদব চা ঐ থক্লিঙদে' টম্মিন—'ওজা

চিনি য়াওরে থুল্লাকপন নহাক্কি চিনি লয়রক্লে।' নূপামচা লৌরগ অমুক্তং চিংই অতুদগি থম্মি হাযবি 'থকপ য়াদ্রে' অতুগ হীপথগে তৌবদগি মোম্দা মথুৎ শৌত্নন হায়রকই— 'টম্মি ঐ হৌজিক নারতুনা ঈম্ফাম্দ পুথোকপ তারব নত্রগ মফম অসিদ শিব তারবদি, শাল অম পীশিন্দুন থোক তৌরগ নহাক্কী মাঙনব তৌরব ঐ—ফত্রব ঐ নঙন অমদি থুন্ন থীন ঙাঙনহৌনিকো হৌজিকপুদি থুনগি ফাইন্ কিবন নহাক ঐবু সেবা তৌব লাক্লি। মতম অসিদ, ঙহাক অসিদ, ঐগি অশেংব ৱাখল থবক্র ফোং-দোক্লব করিগুম্ব পাম্বয় অমত্ত লৈত্রে।'

টম্মি ৱা ঙাঙদন নূপামচাবু মুয় যেংলি হায়রকই— 'ঐ খৃষ্টান অমনি ওজা ঐগী ঈপৱা ঈনাওশিং লাইরিক তম্বীব লাকপনি হায়বগি ঙাকস্ত নত্তে—বাইবলগি ৱা মতুংইন্ন মীবু শেবা তৌগদবনি— ঐ নহাক্কি শেবা থুগগি দন্দি কির্বাগি ঙাক তৌব নত্তে। অতুগ ওজা পাপ চেল্লব ঐখোইগি ৱাখল থক মপুঙফান অচুম্ব পুথোকপ ঙমলোই। হযে' ঈশ্বরগি অরোইব বিচার অতুদ থঙ্গনি।' নূপামচা— 'অতুগ টম্মি ঐন খঙনিঙব অমত্তং ঐখোন্দ নঙন তাকউনে— অখাই, অসোম, নঙ করি মৰী লৈনরম্মি?' টম্মি— 'ওজা অতুগি ৱাখল থাথোকশি, নশা য়াম্না শোকচিল্লে—নূপাশিংগি মফুংগি ৱাখল অপঙবী ঐন করি শেংন খঙগনি?'

নূপামচা—'টম্মি, নঙ ঐখোন্দ শুকতাক তাকহু—শুক-ঙাঙ ঙাঙগহু— শুকনোক নোক্কহু—ঐন হংলিব ৱাহঙশে টম্মিবু

হুংশিত্নন হংব নত্তে ফল্লব ময়তৈনি; মশাবু বদনামদগি নান্থোক্লগ টম্মিবু পুন্সি সিমগী মাঙহন্নব লম্বী থিরকপ ন্নাহঙনি, নল্লা? ময়তৈন তত্তন তৌব শাজ্জৎনি।

টম্মিল। ওজা ঐঙোন্দ ন্না হংলক্লগম্নু ঐদি মাঙলবীনি। মীশোমগি ফত্ত লৌশিংন শুমহৎলবীনি মমৈদ মাগি হোঙলবী শান্নপোৎ ওইব তারবীনি। কনাগুম্ব অতোপ্প নূপা অমত্তনম্নু ঐবু মশাগি ওইন হুংশিররোই। (হীক হীক কপ্প)

হুপামচা— টম্মি, টম্মিলা! ঐন নঙবু কপহল্লে মীতৈন নঙবু কপহল্লে—ঐন নঙবু নোকহনব ঙম্নরোইদ্রা? মীতৈন নঙবু নোকহন্ব ঙম্নরোইদ্রা?

৬

(৪ শুবদ উৎপ য়ুম)

লয়চীন কুংন থারি। মাঙ্গোল্দ নূপামচা তেরা কম্পোর অরাংব শেগাঈরব অম লেংহুম নাইরি। থূরুম তোংই হাপ পেন্ত মচা অম শেৎলি। মনাক্ত অচাথাও লীকলী অম মখূম হাংহুন থমলি। হোরমী খোঙ্গ্রাও হাপ অম শেৎলি, ক্ষি খোঙ্পপ অঙাঙব অম তোংই, ফুরিং হাপ অঙৌব অম স্তুইটর অঙাঙব শেগাঈব অমন নমহুন লীংলি। ঈরুজব কারকপই ঈংবন থক থকস্ত নীকলি। নূপামচা অচাথাওহু মৎও থর হয়রগ হোরমীগি মকোক অচোৎপ অহুদ তয়বীরি। শমজেৎ চাগি ময়া তঙ্খাই অম য়াওদব অমন মকোক হাৎপিরি হায়রি (অচাথাওসিদি পোমেদ কুম্বনি শমগাৎ কাহররোই) নূপামচা হোরমীবু মুন্ন যেংলি—মগুৎ মশা খোংগি খুমিৎ মনা নারুম্, হায়রি 'পারফেক্টলী ক্লীন' নূরা অমত্ত থাংদ্রে' ঈংবন থক থক নীকলিব হোবমীগি মনাহবক চূপলি' নঙ হৌজিক ক্লাস ফাইব তম্লগদোবনি নীংথীন তমথোকো অফব মী ওইনব হোৎনরকউ; খৌন ফন পূন্সিগি লান .গংননব শেম শাউ' হায়ন হাযন ঈমুংদ চঙ্খিহুন হাওফিন যোস্ব নম্বো মচা অম পুখোরকলি। হোরমী নম্বো অহু লৌরগ পোশিল্লি। হোরমী 'ওজা ওজা'

মরক মরক্ত থুম্লি। নূপামচা 'অশ্বাই ফাওব থিম্মোকপিরগে' হায়ড়ুন হোরমীবু লেঙ্গোম্নন চৎমিন্নখ্রে। ওজা লয়ড়ুন য়েংথো-রক্লগ 'সোমীলা, ঐ হোরমী থিম্মোক্লগে চার লোইরবনিন চৎলম্মো' লাউরক্লই। সোমিলা 'ফনি ওজা' ঈমূঙদগি থুম্লি। ওজান হেক চৎখিবগ টম্মিলাদগি হেন্ন মগুন লৈবী লৈশাবী মান্বী অম চিঠী মঙা পাঙ্গরড়ুন থোরকই কৌরকই 'টম্মিলা, টম্মি' (টম্মি চেললকই) 'সি থুন অমূক্ত পাথোকউ' চিঠি পীব টমিলা ঈফিঙ ফিংনা পাব) ঐগি অমত্তু ঙাইরব চান্নব মরূপ—ঐগি নৌন ফংজরব, ঈপাদগি পৈশান আই-এস সি মিং চন্বীব নহাক্কি লমন তোল্লব ঐসি হিংদি হিংলি অড়ুবু শিরে হায়ন লৌরসি। নহাক অসিদ লাক্কুন ঐবু লৌরব ওইথোক্তবনি। নহাক অহিঙব নূপামচা থেংনব ফংলোই, অরেম্ব তানি। দেবেন, নূপামচাগি থম্মোয়দগিদি নান্থোকপ থক ঙমলোই। নঙ হাক্ল চাউথোক্লম্মু, নঙ্গিদমক মফম অসিদ, ঐন তাখ্রিব মীৎকি পি মরিক মশীং য়াম্লে।

টম্মি মপং অম পাব— ইমাগি ইবুঙো লাকওব নঙন ঐবু রারৌবসি হাকমল্লে; ইমাগি থম্মোই অসি কায়গদৌরে। নঙ্গি লাইমনন ইমাগি পুন্সি ককথরে। লৈমন্দবগি নবুক থম্ব ঙম্নব হোৎনরো হায়বদনি। নপাবু নঙন শাউরবস্থ ইমা হেক্ত খাইনগে নঙ্গি ফম্ব উপায় য়েংলুবনিনে ইমান, নচন তরুবীবু থক য়েংন্নিংত্রব্রা'।

টম্মি অমমুক থুন পাব— ঐগি মরুপ ওইরম্ব চান্নব মরুপ ওইরম্ব ঐগি থম্মোইন তাজ্বব মরুপ ওইরম্ব নঙ শিরম্মগনি

## টম্মিলা

নত্রবদি অহৌংব নূপামচান ঐন কৌবদ লাক্তব মতীক লৈতে। নূপামচা নহাক্ত দিসংপোলেক্তিয়েং তাদনব প্রোকাশি তোবদ ঐ প্রান থাগদোরে। তরুণীগি রাহঙ থুম্ব ঙম্নব ঐ মফম অহুদ লাকপ তাবি লাক্ত্রবদি কাযনব··· ··· ··· ··· ··· ।

টম্মি অগমুক পাব— 'ঈমা— ঈমাগি হুঙাইবদ কল্লক্কদব মচা শা অহু ঐ নত্তে। ঐদি চহী তরামুক লাইরিক তম্লগ থাদ লুপা ৭৫ ফংলি। চহী কয়া, রাংব্লবী ঈমাগি মমল ঐ লেপ্প ঙমদ্রি। ঈমা ঐ থুনমক থোরক্কনি। নোন ফংজরব হৈপাবু খুংকুমজরি। মহাক্কি তৌবিমলন ঐ মপা কাযনবনস্থ মপাগি প্রেম মশক খঙহৌরে। তরুবা মপা মশক খঙলবিনি। ঐগী থম্মোয়দ পেন্না হুঙাইব ঈরাও ফাওরি। নৌন ফংজব ঈপা নতম কুইন-গিদমক ওইসনু ঈমা।

টম্মিলা— চিঠী মযাম মথক্তগি নান্থাখব খঙদনা 'ওক্তা চংলোকো— ওক্তা। কপ্প। সোমিলা চিঠী পুনগত্তুনা 'টম্মি চংলো ওক্তা লাব্লগনি' টম্মি মপী তনথোক তাথোক্লগা চংখ্রি। সোমিলা ঈমুঙদ চিঠী থমজিনখ্রি। সোমিলা থাও লৌক্রা থমজি-ল্লম্লগ চংখ্রে।

নূপামচা হল্লক্তুনা ঈমুংম চঙখ্রি। মাগি তৌ শার্ট থাঙ্গ্রাও থূদূপ হান্নগি উৎখিবগুম শেংচাবতুন থোরকই। অনাপ্পদগি স্কুল পুঙ তাবগি কাংশি মখোন তাবি। অথাই গৃহিত্তার অম খোংলহুন অদোমদ চঙলকই। নূপামচা মাবু হেক উবদ 'অথাই। তাওথাই। নঙ থাদোরক্লত্র' হাযহুন হোংচিল্লি। মথূৎ শোক্লে।

অখাগৈন 'থাদোবকলে ওজা' ওজা অখাইগি মনঙ্গন্দগি ফুরিৎ হায়গত্তুন য়েংলি 'ফূদকপ্র'—অখাই নোকফেৎ তৌন 'ঐডোন্দদি ফুত্রে অসোমদি খর ব্রাব তাবি' নূপামচা, মাবু কোন্দুন পুখ্রি হায়রি, 'স্কুলদ চৎলুশি নঙ্গ ব্রারী তাখিগে।' মখোঙ্গী চৎথ্রবদ সোনিল টমিলা মাঙ্গোন্দ লাক্তুন খাঙফি শামিন্নররি। সোমীলা টমিলাবু মৎৎ পাঙ্গিহুন কি মযেক শাকপ শুনা মকাঙ তাবপিরি। পাখঙ মরি মঙা লাক্তুন মখোঙ্গী অনীবু ঈকোয কোযন, ওজাগি ঈমুংদাগি ফান লৌখোক্লগ থাত্নন মমলি। য়া য়া নোকলি, ঙহাক ব্রারী শারগ মতুংদ ঈশয ঔরাহরি। চীমবূক ফাক্তুন ঈশয় শকমীরবি। স্কুল ছুটিগি কাংশি য়যরি। অঙাঙ ময়াম হরাওন য-য়া চেন্থোকপগি মখোন তারি 'পারিখা হায়দোকপগি ছুটি' কনাগুম্বন পাউরি।

নূপামচা টেবল ক্লোক অম; রেজিষ্টার অম পুরক্তুন হলকলি। পাখঙ অমন হংলি 'ওজা তাম্বুল লযশা অম লৌরোনে?' ওজা খুমলমদে ঈমুংদ চাঞ্জত্নন পোৎ চগত্ত থনম্লগ অমুক থোরক্তুন পাখঙ অদুদ নোম্থরগ 'ঐবুদ নৈশা অমত্তন পাম্মক্কেনে' খুম্মি। পাখঙ অমন 'টমিলাদি পাম্মি ওজাদ নৈনি হায়রি' ওজা টম্মিদা মুন্ন য়েংলে টম্মিস্থ ওজাদ নোকফেৎ তৌন য়েংলি। ওজা 'অত্তুদি নহান্ন ঐডোন্দ হেক হায়ব য়াত্রে? য়াউশঙ কুম্ময় তরারক পুরা য়াওববু নূপী অমত্তন পাম্বিরক্তুব ঐডোন্দ নঙন (নাচয মচা অম লৌরগ টাম্মদ শেৎ শেৎ কন্ব, টম্মি হোগত্তুন চেম্ব ময়াম ব্রা ব্রা নোকই। নূপামচা টম্মি চেনখিবদ হাঙহোরব ফিশাফাল অত্তুদ

টম্বিলা।

কমথরি) লোমিলা 'ওজা চীংদ লৈব হুংঙাব্র ?' হংই। ওজা 'করিগি হুঙাইরোই উত্তোন রাত্তোন্দগি বজ্রগ মানন খেকথরকপা থুমলব ঈশয়গি মহুত্ত য়েন্বা, তাম্বুল হুইজাওগি খোঞ্জেল তাজরি—ইংলীস ক্লিলমগি মহুক্ত ইরোই রাইনব য়েংজরি' (ময়াম নোকপ। টম্বিসু লেপ্তুন তাব)

জাপান পাখঙ কয়াগি মোংকম অসি ঐগি লয়বাক্লি মহৈগি মঙান পামজব থুনপাক অসি ঐগি প্রজানি শম্ম হায়রবদ ঐ অশ্বাইদগি পঙহেন হেন্দোকপ য়াব্রব ফাদোপনি। (ময়াম নোকপ) পাখঙ অমন,—'ওজা ইম্ফাল চৎনিংদ্রা' ওজা 'ঐ ইম্ফাল লাংদ থুবিবোই; ইম্ফাল, ঐন মীঙোন্দ য়োম্বোকলম্মে কনান পু থাংব ঙমপোৎ নত্তেনে মীয়ামগি গোপশোপ্ত মীয়াম্ম মাঙহল্লব কয়থেল্লিনে শেল পীজগে হায়বসিন পীক থল্লি শেল পিদব ঐদি ময়াম্ম ইকায়ব পীবন মপান থোকপ য়াদ্রে' পাখঙ অমন, 'অদু ওইরবস্তু অমুক্তুংদি য়েংলুশি ? ওজা—'ঙম্মোই ঈকায়জয়— করি থবক তৌরি— চীংদ ওজা ওইজরি— (শুগৎলগ) হাওনম নমই— করি থবক তৌরি— ওভরসিয়ার— শেল য়াম ফংলৈনি চা লয়রম্মু হেঃ হেঃ— মীয়াম্ম মশি য়োনরবদি লুৎ ভোব মীদ বীর চক্র পীদোরি মাস্ত্র মথল্লাই য়োল্লিব ভদ্রলোক অমনি হায়জরিব'

মতম অসিদ টম্বিন ওজাবু মরেংবান্দ ইল্লি 'চৎলো' ওজান টম্বিদ য়েংহুন 'মাঈদি সি মঙাইরে, ময়াম মমাংদন চৎলো, চৎলো; হোরেন ঈবানিদ ঙাইরকান্দন ওজা লৈশিয়ে, ইম্ফাল চৎথিনো, লৈশিয়ে। ময়াম নোকপ। নুপামচা ফুক হোগৎপ।

টম্মি 'ইযাউ' হায়ন মরু লুকথব ফি শাফমদ থক ফমথব। নূপামচা গিরোল লোথোক্লগ টম্মিগি মনাক্ত তাশিন্দুন থম্মি হায়রি 'মান ঐবু মুংশিবশি মু'শিগ্রব জাংনি ফি মোংলে শুদোকপিগে হাযব য়াদে হাযহুন শাউরিবনি এ; ঈবানীগি খঙনবী অম লৈ।' মযাম নোকপ। ওজা ঈমুংদ চঙ্খি। টম্মি সোমিম্মা ফি কোন্সিন্দুন পুরগ চংথিব। মযাম থোকখিব। টম্মি নূপানচাগি ফিজু পুক্লন চংখি।

ঙংাক লৈরগ টাম্মি ওজাগি যূবিং খোঙ্গ্রাও অঙুব পুনক্লগ চঙলনক। য়ুঙ য়ুঙ বযোকুন যমথক্ত ফোদোকপন শুতন লংখংখ্র। টাম্মি চংকে ভৌবনগি ঈমুদাগ নূপানচান 'টম্মি ঈশিং ... প'রম্মু' হানবকপদ টাম্মি ঈমূংদ চঙ্গ্রে। ঈমংদ ঙাংনবনত— সে ঈশিং— থনমিংদে— আত্তাদ বৈদৌন ঈ শং শিযূ হাযন— রা হাযনিঙাইদ লত্রে— চংলগে ওকচাক ফংদি এ— ওনচান লাঈব নাবি শা যনি— কবি.না—ঐ নংবু মুংশি, নঙ নমদ দোবি— ঐ নঙব মুংশদে, নঙ কমদোদোরি—নশাক নুরফ জ হাযনন চাও থাকম্ন লাংশোলা—

ঙাক তুমিন্ন লেনগ টম্ম নশম পুন্ন পুন্ন থোনকই। মাঙ্গোন উখোদ মমাঈন ওক্ত.. ঙার হাদবকই 'লাযেক'। নূপানচা হাওফী অমতং শেংলন্দ থোনকহ। টম্মিগি মবেনবান্দ মখুৎ অনিন পায়রগ হংলকই 'লাযেকা হায়রবদি দ' টম্মি নো-ক্তুন হম্মি 'অপাম্মি' নূপামচা শাউন ফং ইমুংদ চঙথি। টম্মিস্তু ইন্নখি। ঈমূংদ অমুক ঙাংনরকই 'নহোয় নয়তয়দি হেক্ত হুন্দোকচনে।

নহোই তাঞ্জুলদি থক খাইনজরবনে— ঐখোইদি মুখীদ মাঙজেনে— ময়ক্তয়দি মোম্ব পঙলোদ লোনৈনে মাঙদেনে— তাঞ্জুলদি অনী, লোন্দে, মো লোনদে— লোল্লোয় হায়যু— মো হায়যু— ঐদি মাঙমিংদে ওক্তবী ওহনিংদে— নঙবু ওক্তবী ওইয়ু কনান হায়? ঐন নঙবু চন্দোক্নকে হাযরা— থাজদেনে— থাজরগ তোকউ নঙ য়াদ্রগ ঐ শিগদ্র নঙোন্দগি হেন্ন কোকথোঙ কোক-থোঙ ঐবু যাশিদ্রবনি— অঙাওবা— টম্মি, ঐ সোমিলা লোবনি— লোজো, নঙন পাম্ব নুপী লোবু ঐন থিংরা— থিংদ্রনে— থিংদে— থিংদ্রবাদি ঐন পাম্ব নুপা নচনি, লোবনি— অঙাওবা অঙাওবা।

ওহাক লৈবগ নুপামচা হাওফী শেংতুন থোরকচ। শুমাংদ তাবিব শরু মচেৎ অম খুনগকুন মুম্ন যেংলি। টম্মি চংলোং অরাংব অম তাশিন্দুন পাযবগ থোরকচ। ওঝা মচ চান হংলকই — ঈচা কবি খুন্নো— টম্মিন খুম্মি হপা হম্ফাল হংল। ওচ— 'অহুনি শরু মচেৎ অসি পুথো লৈবাক্লেদ পারম্মু (পীব-লোন) নুপামচাগি অস্তনি, করম নিংথিন তোকরুউ হায়রম্মু।' টম্মি শরুমচেৎ অদুন নুপামচাদ থারম্মগ চৎলিব।

## ৭

(৪ শুন উৎকম)

ঈমুংদগি টম্মি— মুবা অন যেৎন পায ওঙ্গন ঈশিং যাওদ কোন অম পায বাক্ত তযকুবদগি থোরকই। নুপামচা তবাচৎপী কুন্থ্রামুচ মশীং থিন থিরতুন লাকলি। মাঙ্গান্দ থাবিব ফক অতুদ লুপা তবাচৎপী মযামতু পোপ থাদবগ নুপামচা ফক্ত ফমথরি ..টশংতু চুপলতুন হাযবি 'ঈমান পোকডৌগি লুপা চহুম পায়ত্রি ভসিংদি পাযবে এম্বাসেদর শূ, নেরী রু শূং,—হু ইণ্ডিন। হু— টম্মি লাউনহে?' টম্মি মগুং হাযদোকগ চঙলক্তুনা ফক্ত ফম্মিঃ। 'নবি হাযগে?' ওক্তা— কবম হাযন মিজিঙ্গাসি টম্মি 'নখান থঙজগে' ওক্তা নঙন অপাক্ব কবিনো টম্মি— 'শনা থুজী, শোরি, যনেক মযেক্কাঈব' ওক্তা—'হম্মক্কি পৈশাশিন ওক-ওক্ত' টম্মি ওক্তুবদি করমগায়ন তানি?' ওক্তা 'মতু ওক্কব পৈশাশিন পৈশা অমুক লাক্রব লপ্লোন্নদ থাদব হু ঈনানিগি যুম লৈতন যুম হান্ন পান্ন লাপ্লি।' টম্মি 'যুম্মুদি থুম্ন শাবিনি' ওক্তা ঐন ওক্তা .তাকপগ চৎলো হাযরক্কনি' টম্মি নঙন যাম্ন চিংনবগ নুপা ৩০, পিবকউ ঈবানিন লৈরিব যুমশিংগা যুম্ফমাশগ থুম্লাক-পদগি ঐ চযবিরগে' ওক্তা 'য়াগত্র টম্মি যানি।' ওক্তা অতুদি নুপা ২৭০ দ মণ্ডাইরে যুম হীঙ্গোনগি ৱা লোইরেফো, নঙ ঐ

## টম্বিলা

শিত্রিফাওব লৈব য়াগত্র টম্মি।' টম্মি 'লেম্ম লোইন পীবনি নঙন ঙমজরগ খুন্দ লুপা ৩০ তাদু পিশন্দুন অহন লমল হরাওহন্বদনি।' ওজা— 'ও, কে ২৭০ সি ; শন অমোম কয়া পিব লৈ।' টম্মি এ, ঙম্মোহ ঐ শনশেন লেংচৎপ ঙম্মোহ' ওজা 'ওক লোহগের' টম্মি 'নঙ্গি ফিরোলচুম লয়মু য়াম্ন ফত্রে' ওজা— 'ঈবানি চপ মানবীম লয়নগনি। নঙ্গি ফি খোঙ্‌প অনী, ঐগি অনী, লুপা ৩০ নঙ্গি ফনেক অনী, ঐগি খোংঙ্গাও অনী লুপা ৬০। ফুরিৎ অনী-অনী লুপা ৩০। হু, টম্মি পৈশা থোকপা পোৎ খর লৈনব তৌসি। মী শায়বসি তম্ব ঙমদে লৈব ঙসিদ।' টম্মি 'শীঙলো অম খুন্দগি লয়াশ, লুপা ১০০ হবেং ঈবানি চুগজাংব থোঙ্গনিঙ ককা থানব' ওজা—'গুদ, নঙন মূম, শাঙলোগি ১৩০ এন ১৭০ ঈম্ফালদ চৎপ তারে।' টম্মি লুপাতু পায়াশিল্ল। 'ইম্ফাল চৎপ্রগ কদৌঙৈ লাকপ, চেনাখব!' ওজা 'ঐ অতুগুম্ব মীতা নত্তে' টম্মি ঈকায়ন' ঐদি ঈতোমতা অঙাঙপোকপ ঙম্মোং থ্রিজয' ওজা 'ঐহ পুক্ত হাপচিল্লকউ ঐ পোকপিগে' টম্মি নোকপ— 'ঙসি ইম্ফাল, হুমিং ঙমমি ইম্ফালদ, মঙানিদ ঐ লম্বাদ চাক-য়োম পুহন ঙাহরমগে শোয়দন লাকউ ওজা' নূপামচা 'তোয় শনাগি শোরী লৈব ঙমত্রবনি। লুপা ৭ কি লুপায় মরী অনা লয়বিরকে। নঙ ঙাইরম্মু ঐ ঈম্ফালদগি নঙক্ত লুপায় মরী হুকপ শোয়দন লাকনি।' অনীমক নোকপা।

## ৮

য়াচংবদ শেল্লাং খোংলি।

মশা নাল্লব ময়ৈত্তে যুমজাওগি মাঙ্গোন অমসুং বুনা দেবী মনা পুংন হোৌরব শূমাঙ উরি। মাঙ্গোলগি দায়ী মপান্দ কোম্পাক কীহোমকা য়াওব অম লৈরোং নিংথিন লোল্লব ফি মত্তং অঙৌব অমন কূপলগ লৈরি। অল্লাং থংব নাকথদ হূপামচা 'ইন্তর-মেদিয়েৎ ফিজীক্স' কৌবা লাইব্রিক অথাব অম পারি। তরুবী মফি মরোল নান্ন শেংলহুন লাই মচাগুম থোরকলগ বুনা ময়াদ লেপলি। মমা লয়বাকলৈ পূঙৌফনেক ইন্নফি অঙৌব ইল্লহনা চল্লোন ফজ্জন থিন্, মমা অম ওইবগি ইনিনগ লোয়নন ক্বা চপ চপ শায়হুন, শো চবুন অম পায়, ফি মচা অম ফয়জা কোল্ল কোল্লহুন থোরকলি। মীয়ায় চল্লব অহল অম পূময়াং ককা তৌরহুন 'থেঙত্রে গারী নংদদন'ককা হায়রহুন পোরকই। লয়-বাকলৈ নূপামচাগি মখোঙ মনাক্ত শো চবুন অত্ত থাদয়গ 'য়ূম নিঙথিন য়েংশিল্লু হয়েং তম্ন লাক্কদবনি' হায়ল্লহুন কোম্পাক্ত মকোক্ত থোক্কংলি। 'ঈহে কাউরেদো' মপান, 'থেঙত্রবনি কল্লিনো কাউরিবো' মমা, 'কাউরে হাযরগ' মপা 'কল্লিনো কাউ-রিবো' মমা 'ঈহে কল্লিনোহ্ কাউরে'।

## টমিলা

নূপামচা ফাক ফাক নোকই। ময়াম্ন শাউনৈ। নূপাগচা ঈমূংদ চঙ্খিতুন তিফিন কেরিয়ার অম পুথোরক্লগ মপাদ পীরি 'তিফিন কে রয়ার ননে'। মপা 'হো ওন্থোকপাইতুনি' হায়তুন মতু লৌরগ মখোই মরী মরী থোকখি। নূপামচা তুমিন্ন লাইব্রিক পাতুন লৈহোই। মহোইদ চংখিব ঙাইরম্মান' হাযরতুন য়েনখারোদই খূরুম তোংব খোঙ্গুাও অশাংব শেংপ খূদয অরাংব অম ইম্ব পাখঙ অম যূ লীকলী অম পুরকই। মাঙ্গোল ময়াহদ লিকলী থম্মি ফুরিংখাওদগি চানা কাঙোকা চেন য়োম্ব পুথোক্লুন মাঙ্গোন্দ থম্মি 'হেঃ শুগ্রিব, ঈশিং পুথোরকউ' হায়রি। নূপামচা 'নমাই ঙাওশিন্নগম্ব চোপচনি' হায়তুন ঈমুংদগি চাইশেল অমদ ঈশিং পুথোক্লুন মনাক্ত থম্মি। পাখঙ নূপামচাবু মখূৎ লাক্লুনা চিংথরগ ফমহল্লি 'ঈবানিন্নে পঙনল্লে, মী। ব মায় থক্লবেন, নঙ ঐগি পঙলব মহাও শুন খঙহন্দনা লৈ অনীসে মহোশাগি হেক লৈজব মহাওগি জাৎ পেন্নব তংহন্সি।' হাযরি। মখোই অনা হা'ন হা'ন য়ূ লীকলী অতু লাম্ন লান্নতুন থকতোকলে। নূপামচা মরয় থারপ তৌন— দেবেন, ঐ লৈতবদগি নঙ নপান থোক্লে, করিগিনো? দেবেন— 'ইণ্ডিয়ান ফিলোসোফিগ ঐগ খংনরিব' নূপামচা 'ঐ কঙ্গ্রেসকি খোল্লাও তারোঙ্গ' দেবেন 'হে লয়ঙাক চুপলী পাইরিব অথৌব, লাল্লম্মগ চয়রাক, চূম্নম্লগ সনা বুদ্ধি' নূপামচা (তপথন)— দেবেন এগিদমক নং রারুরম্ব ঐদি মাঙলগদব শোয়দন মাঙলগদবনি।' দেবেন— 'নূপামচা নহাক মাঙবন জাতি কয়াগি অতোংব ওইরব য়াই অতু ওইরবনি নহাক,

মাঙদে।' নূপামচা— অরান্ব খুবম ফংনব লম্বী, ধর্ম্ম অসিবু লাইমক্কি—হায়গ্রবদ, ঐন শেমদোক্লিংব, মাগি দনক!' দেবেন— পীক্লব ম'হক্ক শিংলব কল্লব শামূ হাৎলি। ময়াম্ন খঙনরব রানি। চৌকী টেবল খর শেম্ব ভম্নগ পোৎ থুদিঙমক্কি অশাব লৈ হায়ব চুম্বা। পোৎ থুদিঙমক্কি অশাব লৈরবদি পোৎ থুদিঙমক শা-বত্নগিনা অশাব লৈতে; থোক্কি অচুম্বব্ অচুম্বন কক্লব অরান্বনি। ঈশ্বর গাযব ভাবন শাব অলাদ্দিনগি ভূৎকুম্ব হায়জরগ হেক্ত য়াব থক লৈকম থোক্তে। ঐখোঙ্গৈনদি পোক্ল শির তৌবশিদ, থুদি-ঙমক পোক্কনি শিগনি হেক্ত থাজবসি চুম্ফাত্তে। শুকপোক পোক্কব, শুকশি শিদব, কনানস্ু শাদব, মতোমত শেম্ন থুগাইর শেম্ন থুগাইব তোক্তন অত্নুম লৈব ঐখোঙ্গৈন ঙত্তন থেংনরি। অহাঙব, ক্সমিৎ, থা, থব্রানমিচাকশিং, অমম্ব, গ্রহসিং অশিব অশিব পোৎ অহৌংব পোৎ ...... .. অত্নুম লৈবক্লবনি লৈখিদোরি হায়বদ অকায়ব লৈতে। মসি মকৌশানি। ওতোমেতৌক মে-জোবিক্ত ফংলব বৈষ্ণোবশা—

মকৌশাগি পীক্লব লয়নাঙ মত্নম অসিব লৈরিব মী অসি ঐন হায়বন মচুম্ন কম্ন খন্নে। মসি শাস্তি পুরক্লবগি মরীদ অকায়ব অন লৈ। মী থুদিংমক মান্নদে; মীন হায়বদ হেক্ত থাজগনব মী লৈ; মীন হায়বদ হেক্ত থাজগনব অসি য়াম্ন লাল্লি মরমদি মী মচীন থীব লৈ হায়বসি চুম্মি। মী, অচুম্ব অরান্ব পুম্ব রাথন অমন পুব জিবনি হায়জবত্তনি অচুম্বত্ববু কন্ন মশাগি কাম্নব ভাল্লি। নোঙ্গোক্কি চয়রাক, শর্গগি কল্লকপ, কৌব ভাবন

## চঁমিলা

শাব ধর্ম্ম অসিন মীয়াম্বু শাস্তি ওঈন হিংহল্লি 'ঐ খণ্ডই' । অতুবু মীওইবসি অতুম লৈজরক্লব মহৌশাগি শরুক অমনি মরমদি 'সাইকল ওব লাইফ' ইন্না চৎপ জিব ওইরি। অতুম লৈরক্লব অতুম লৈগদৌরিব হায়ব—মহৌশাগি রাংলব চুম্লব রাথল অসি ঈপা ঈপুশিংশু খণ্ডলম্ব য়াওববনি। ঙগাক মুঙাইথোকশি হায়ব রাথলদগি হাৎন শুনব থোক্তুনা মোং খেন্নবদগি লাঞ্জাও থোক-পন যুহারব··· লাইচৎ··· ময়ামশিন মরক মরক্ত পূমহাৎ হাৎপা য়াওখিব। হিংহৌব থবন অমুক নৌন হেক লৈব—শন্দোকপ। অতোপ্প রারকপিনিঙাই লৈত্রব ঐখোঈনি— হৌর, শাৎল, মরু তার. হৌর তৌরিব সনারয়গুম্বনি। মশাগি মুঙাইজনব মশান রারকচনব মহৌশাগি খুদোল কয়া ঐখোঈদ য়াওরি। শিজিন্নব হৈত্রগ মতোমত মাঙজব-ওর-ময়াম মাঙমীন্নব। মহৌশাগি খুদোল শিন্নুংন পীরকলি পীখিদৌরি। কৃষ্ণগুম্ন বৃন্দাবোন অদবাঈদ ঙাক্ত শন্দোক্লম্বগ তোক্‌খিব নত্তে— খৃষ্টগুম্ন জেরুজালেম অকোঈবদ শন্দোক্লম্বগ সর্গ কাখিদে— মহম্মদকুম্ন আরবী লোন্দ ঙাক পীরমদে—মহৌশাগি ধর্ম্ম নিতিদি লোন খুদিঙমক্ত শন্দোকই কাচিন খুদিং য়োরি— অমুব-নাপু অঙৌব মী জাৎ খুদিঙদ পীরি। সংস্কৃত, আরবী, হিব্রুগুম্ব লোন হৈব মীদ ঙাক্ত শন্দো-ক্লম্ব নত্তে। (হন্বরকই) এঃ য়াম্ন ঙাঙজেন। চানা ঈংগ্রে' (চনাম্নু লৌথত্তুন প্রোক প্রোক শায়রি)। দেবেন্ন ঙাঙব তাঈ শঙদে তাদে খণ্ডদে নূপামচা তুমীন কম্মি। দেবেন্ন চানা মগাঙদ থাংজিল্লি, হায়রি 'ওজা, লাইরিক লোইরে বালভূগ চজীক

তারে।' নূপামচা চানাদ মখূৎ থম্লগ 'ও চানা ঈঙখিদোবে হায়তুন ক্রৌ ক্রৌ চাথোকইদো, টমিলা নহাকসু মাঙখিদোবে হায়তুন করি?' দেবেন—'এঃ যু ঙাওরব ফাওব কাউদেনে ঃ হায়ং ঈবানি চৎসি—লৌকশি—ঐখোঈদ থমগে হা ঃ?' নূপামচা মাগি রা তাদে শক্রকই—লমদম তাম্নগি মকপও। কাযন ময়শান ঈশাদ য়য় ; কল্লক তিঙ্খংন খৃযাদ যু ধর্ম্মগি পবদাবন মাঈদ খন ঈমুংগি ভারন কোক্ত থোং পাম্ন পাম্ন পামদ্রে নঙ ফংন ফংন ফংদ্রে নঙ লাক্কেসু যাদ্রি, কাটগেসু ঙমদ্রি, নহাকসু রারে, ঐসু ঙাওরে॥ য়ুংশিগি থৌরীন যেত্ত পূন, সমাজগি থৌরীন ওইদ পুন ; ঈমাগি থৌরীন খোঙদ পুন পাবগী লীচৌঙন ঈশাদ ফাও ; রাদৌরি লাকপ ; চোপাতৌবি ঈবানি। 'সিদন ঈমান কপ, চীংদন নহাক্ক কপ, মবক লৈন চাক, ও, কনাবু হেন্ন য়ুংশিশিগে?— নূপামচা শক্ক শক্ক তথগ্রে। দেবেন 'শগ্রীব শুগ্রীব' কৌরি। তাক্রবদ যৈবগ পমনন ঈমুঙদ পুসিনখিবসিদ মংঙোন মযাঈদ ঙহাক লেপ্লি, নূপামচাগি মবাঈবক্ত চুপ্লি ; হাযখি' য়ুংশি চযরাক্ক শীল্লিব ; য়ুংশিনরক্কনগি মযাহকাবব লানকমদ—ল. গু. সঙংলাং ; রাখঙ্গেম্ব গদা পায ঈতাও শুগ্রীব, করিনি হেনহৌহান লাইন হেঞ্জিল্লুরি? মেগাতোন কোতি কোংগি শক্তি লৈনব টমিলাগি অশেংব য়ুংশি তেম্ন থারে—ওঃ ঈতাও শুগ্রিব তুবে—অচৃম্ব কৌব শিদ হিদাক, পীননীরোগব মহৌশা! রাখল থেম্নগি হীংশা কৌব হূন থূমহৎলব ঈতাও শুগ্রিবগি থরাঈদদি কলহৌগে। য়ুংশি য়ুংশিব মীওইববু লাক্লিব য়ুংশিব কদায়দ চৎখ্রে নহাক নত্তনদি টমিলাগি য়ুংশি তেন শৎপ য়ারোইনে।'

## ৯

**( ৮ শুব উৎক্ৰম )**

লয়বাকলৈ সনাবুন অমগ বালটিন অমগ পুরছুন ঈরুজব কারকলি। বালটিন তুলশিবুং ময়াদ থনম্মগ ঈমূংদ সনাবুল পুন্থন চঞ্জি। থোরক্লগ তুলশী মচুম থকলি, বুনা মখোঙদগি লয়বাক্ল চন্দোন ওইন লাইবক্ত নমলি। মপা-উরোং শুমজীৎ অমন য়েনখা শিংলি, তরুবী নাকথদ ফনেক লোল্লি। থোঙাম্দগি হুঈশেল খোংলকলি। হুপামচা মফি নাম্ন শেত্তুন থোরকই। মপান কদাঈদনো? চাক চাব মতমনি, কোশেন্ত থেঙখিনি, চৎথোগ্ৰহু হুপামচা 'অস্বাইদ' মপা লাইরিক পাকচৌ নঙ্গি ফুরিৎখাওদ লুপা মরী অনী য়াওরিবহু করিগিনো? নত্ত নশান ভাব তাউ, ঐসে শিরমদাইদ নহাক্কি অরেম্ব খজীক্ত ওইরবসু চাত্তন পোথাব য়ানব নহাকপু চাওখৎহল্লিংই ( হুপামচা উঁ হাযরগ দারি কূমগে তৌব, চপ লেপ্প ) মপা হুপামচা চৎপ য়ারোই। হুপামচান দারি হেক কান্থবদ মপান খুমিত্ত উরোংশুমজীৎ মখোক কন্ন, হুপামচা জুরিদ লোংন তাব, মখুৎ অনীন খুমিত্ত কন্ন পায়ত্থন ইস্ ইস্ হায়ব। খুরক্তুগি ঈ জর জর তারকপ হেক উবদ মপান কৃষ্ণ কৃষ্ণ লয়বাকলৈ শেম্নরম্মু ঐ দাক্তর চেনখিব। লয়বাকলৈ ঈমাঈপেম্ম তরুবী

অপাঙ্গৈবী মনা ; পুন্নকউ হায়ন মচাবু কোম্নিন্ন। তরুবী 'তাদ হো তাদ' কৌন কৌন য়েনথা রোমদ চেনখিব। মপা দাক্তর অমগ লেদর বেগ অম পুন্নত্তুন লাকই। নুপামচা, ফক্ত ফমুং শেম্বিবে, হীপথহল্লে মখোং বেন্দেজ থান য়েৎপিরে, হীদাক অম কাপলে। দাক্তর চৎখ্রে। ময়াম তুমীন তমীন মাগি মাগি থবক পাঙ্গনখ্রে। নুপামচা মমীং উইশিন্দুন তুমীন রাখল তৌরিঙৈদ, তরুবী ফনেক লোম্নলোম্ন 'ওজা' কম্ন কৌরি। মত্তুহেক তাবদ নুপামচা ফুক হোগৎলি শুগত্তুন ফমথয়, হংলকই 'তরুবী নঙন?' তরুবী মানি, ওজা থোঙ্গান-দগি হনখ্রে, কৈদৌরনো; ওজা কৈদৌরগে হল্লবো? 'নূপামচা' তরুবী ওজা শক হায়গন্নু, মাষ্টরনি হাযযু লয়বাকলৈ ঈগ্নূংদগি 'নূপামচা যাম্নু লৈরে; রাংাঙ অমা তৌরে; হো অরাংথংবগি থবাইবুঙোত্নু অত্তুক্ত কৌগদ্র?' মপা যেনথাদগি 'হোই, হোই, চা থব থৌবাঙ তৌরম্মু'।

ফক অমা থারি 'ওজা চঙলক্তুন তরুনীবু লাইরিক তম্বিরি। মশক য়াম্ন ফজবী ঈম্ফাল লৈশাবী ওজা অমানি, তরুম তরুম্ব খোঞ্জেন্ন পারি 'রাহয়গি থাইদগি পিকপ শককপু ময়েক কৌই' হীন্দিদ মযেক কয়ামরুম লৈ মতুবু বর্ণ মালা কৌই। মত্তুদি অ' আ' ই ঈ অৈ অো অৌ.............।

নূপামচা তপ্ন মরক থৎলকই 'ওজা ঐ তাযবসি ময়েক অমত্তু নত্তেকো? অ গ ঈ পূনবনি। ওজাগি ময়েক-উরিক অত্তুদ পোহাম রাউরে। ময়েক থূদিঙ্গি অরুম অয়াঙ লৈতবন লাইরিক হৈব পাব য়ারোইদৌরি।' ওজা নূপী লয়ত্তুন য়েংলগ 'মসিনি ব্যাকরন্দ ঙাওব হায়দো' তরুবী' 'ওজা ঙাম্বী ঐথোই তা'সি ঙাওরব্রা' ঙাম্বী

হায়হৈদে 'মশা ঙমদে হাযযু— সেঃ অঙ্কসি তৌ—' (তরুবী অঙ্ক হোংলি মখূৎ থেক্তুন কন্ন পাবি ঙাম্বি নূপামচাদ যেংলে।) মপা, মাইব থুংলবে। মযাম চা থকলে। নূপামচাদ মুম্ন যেংলি মাইব হাযবি 'হাঙসিদি হৈ হে, জ্ঞান ঈত্তা তান ফবক হেক ফূহল্লি' নূপামচা ফাক যাক নোকই। ময়াম ঈঙক ঙক্ল অমগ অমগ য়েংনৈ। ঢাম্বী মরু লূকংখি। মাইবন 'মাইসি থর থুনা লৌথোকহৌব্রবদি মঙঙব চাবোঈকো' মপা 'হৌজীবমক তৌশিনে ওজা, ঐগি লাইবকাস থিগ্রেদ ঈচা অমত্ত ঈমিত্ত উজদে হাযহুন তোবু' নূপামচা 'পাব, এ ঙ ওদেনে।' মপা 'অঃ ইবুঙো, ঈচা কৈক্ত তৌদে। মাইব ঈমূদ চঙব্রে। মমা লযবাকলৈ তেঙ্কোৎ অমদ ঈশিং থব পুথোক্তুন নূপামচাদ পিবি সে ঈচা-শিদি বোক থকচিল্লু' নূপামচা মমাদ খান য়েংলি, 'হন, ওজা মাইবহু তুরেল মরু মরুশিদ চত্তুন শোল্লু হাযযু ১২.৯ তুরেল ঈশিং থকপমখৈ হাওগি যাহু চঙদনব দখিনান থা থাগি ঙইন মযামদগি ঐ খাঈকগে।' মাইব ঈমূংদগি— য়ানোইনে, অনৌব যাহ্ মকাপনিনে' হোবেন চাক চাবগি কান্দ হেক পৌথকউ লযবাকলৈ।'

## ১০

(৮ শুব উৎকম)

তরুবী মাঙ্গোন্দ লেপ্তুন থোঙ্গান্দ য়েংলি। হায়রকই— 'ঈনম্ম, ঈনম্ম, থোঙ্গান্দ হাওনূবী অম লাকলে য়েংলুরাওনহে।' ঙাম্বী ঈমূঙদগি চেন্থোরকই। টমিলা মচা অম মথা ওন্থন পো, মনমদ সন অম পু শুমাঙ য়োরকত 'ওজা নূপামচাগি মযুম শিরা?' ঙাম্বী 'মানি করি হায়গে ঈতা' টম্মি, 'ওজা উনগে তৌবনি' হায়রগা 'ওজাবু লৈতেনে, ঙহাক লৈরগ লাক্কনি, ফম্মথো' তরুবী ফক শোথোকপ। লয়বাকলৈ চাখুম চেগপ অম পাঙ্গরত্থন ঈমূঙদগি থোরক্লগ 'করিনো নহোঙ্গন তৌ-সারিদো? ঈমূঙসি অহন পান্দ্রব্রা? তরুবী নপা লাক্লনি।' তরুবী 'ঐখোইতদা উনবনে, মান লাকপসি' লয়বাকলৈ 'চংহনগ্রো, নপা লাক্লগ ব্রা থোক্রনি; ঈবেম্ম হাওনূবী, ঐখোইসিদ হাও চঙব য়াদে; অহন অম লৈ য়াম্ম শাউই চংলো, চংলো।' টম্মি তনিন্ন ব্রা অমত্তু হায়রমদন থোঙ্গান্দ থোকখ্রে। ঙাম্বী তান্নগে তৌবদ লয়বাকলৈন 'ঙাম্বী ঈমাগি মাঙ্গদদি ঙাকউ।' ঙাম্বী তুমিন্ন চপ লেপ্পি। তরুবী ঈমূঙদ চঙখ্রে মনীংথোঙলোমদ চেন্থোকখ্রি। ঙহাক লৈরগ তরুবী কপলি কপলি তৌন লূপাগি শোরী অনী

মথূজেংদ শিরহুন চঙলকই। ঙান্বী তূমীন্ন ঈমুঙদ চঙখ্রে। তরুবী য়েনখাদ ক্ষমহুন শুৎ শুৎ কপলি। নূপামচা খূদয় অরাংব অম শেৎ, খূরুম অম তোং, মোজা ফুরিৎ অম লিৎ, তেক তেক চঙলকই 'ঙান্বী—( ঈমুংদগি—'করি হায়গে' ) তরুবীসি, কৈদো-বিরে ( চংশিন্দূন তরুবীগি মপি তয়থোকপি ) ঈচনবু কনান লাকচরে, অশাঙউবহু কদাঈনো? ঈবূং চূপথোক্কে ( মচনগি মরাইবক্ত চূপ্প ) মক্কি শেৎলুরো দেবেনথোঙ্গী ঙাইরম্মনি, মোরনীং শো য়েংঙুসি থুরো ভাগো—ঙাম্বীস্ন চৎলুসি ক্কি শেৎলো হায়য়ূ।' ( তরুবী মুঙ্গঙদ চঙখি )

নূপামচা ঈমুং চঙখি মনূংদগি লাঙ্গরকই 'মপান্' থোক-মন্দবন তুক্কক তুফাই চল্লেনে নহোঈ, চীংহী চফূ কাঈবব্রা? নহোঈন শুগৎনরিবসিবো? ঈমা, কৈদোনরে চাঙখৎপ ব্রাদি থম্নব হৌনদে, হুব্রা থম্ফম শোয়বগি ঈ, কানব ঙম্মি।' চাখূমদগি মমান 'অনীহু কদাঈদনো সিনেমারা করিনো থোল্লুরো, ঐঙোন্দ শাউজিম্বীরকপদ ঐ লাইমন হৌরে।' ঈমূংদগি নূপামচা 'জল্দী, জলদী; দেবেন্ন হাত্তোরম্মনি।'

ঙহাক লৈরগ তরুবী, ঙাম্বী, নূপামচা লাই মচা মশুঞ্জম সিনেমা য়েংব থোন্নকই।

## ১১

থাবল খর খর ফন্ব অহৌংনি। তুরেন মপান্নি। লম্বী অসি তুরেল মপান্দ ওইরবসু মী তাদ্রিব চাউরব লমহাং মনাক্তনি। ভাম্বী, নূপামচা, তুরেল মপান লম্বী অসিদ চৎলি ঙাংনরকই 'ভাম্বী নঙ ঐ অস্থুম কাঙ্গনব তাবত্র'—ঐ নূপীনি, অতোপ্পী ওইদুনা অরেম্বা কোক চাউনিঙাইনি 'নঙ্গি থম্মোয়দ নুংশিবা হায়বত্থু মচেৎ অমত্তাওবা য়াউদ্রবে?'—নূপীবু লাকথুবা নূপাবা থুংশিরকন্দি ঐগি অমাঙবনি মাঙলবী নূপী কয়া মশিং লাক-ঙমদনা লৈরিবশি, নহাকুম্না হুপাশিং, রাখল থেম্বী অপঙবীশিংগি দোষনি।—'ঐনা নহাক্কি করি অমাঙব তৌরে'—'ঐদী মাঙদে ঐগুম্বী কয়া মাঙ্গদৌরে, ঙমদয়রে, নৌন আশা চাউনা থোপৎ-চরকপী কয়া নহাক্কী—নহাকুম্বগি লাংদা থুডুনা হিংনা-হিংনা শিরনি আইন চয়রাক লৈরবসু মতাঙ অসিদ মীৎ তাংশিল্লরে ঈকাই-খৌবী, কোটত্ত কাদবী, মপান্থোক্তবী, নূপীশিঙ্গি অচেঙবসিগি থুমোংচাবা নখোঙ্গনা কৌরে।'—'নঙনা ওক্তবা থবগি রারী তারগ ঐবু পঙথাউ থাউরে, ভাম্বী!'—নত্তে অফবা অফবী ওইনিঙদব কনানো? শোঙ্গখিবদগি য়াদত্থুনা ওইখিব ঙাক্তনি। নূপীগি রাখল ঐনা খঙ্গিঙ, কোইনমক নূপা অমসি চান্নবী ওইজব; মচা

অঙ্কবগি চাওখৎলবী মমা ওঃ নিংব ঙাক্তনী—'ঐ ঙাম্বী নঙবু থাইনৰ ঙম্মোহ'— নূপামচা, ঐ তঙ্খাই অম শিরবী নূপীনি—ঐগি লৈহৌরিব তঙ্খাই অসিদদি ঙাকপিযূ নূপামচা—

পাখঙ অনী অমস্ত মায়োক্নন ৱারা শাত্নন চঙলকলি, 'মঙানসি উৰ ফংদে ; রিফ্লেক্টেদ লাইট উফম থোক্তে'—'হোয়নে, অতুদি ঐখোঙ্গীগি মীৎ অমম্ব অমসুং মচূদবু উব জাৎনি'—'অঙ ঐখোঙ্গীন উরিব মঙাল্স অমম্ব য়াওবগি উবনি নত্রগ অমম্বন কোইসিম্বগি উবনি'—'মঙানগি গ্রেঙ্গন মচু উফম থোকপ্র ?'—'মচুশিবু অমম্বগি মচেং নত্রনে ?'—'অমম্বগ অঙাম্বগ ওবজেক্ট অমদ তাররবদি অমম্বন অঙাম্ববু চুপ্নব হোংনৈ নত্তে অমম্বগ অঙাম্বগ থৎনবদ কেমিকেল একসন থোকই. মসিদ অঙাম্বন অমম্ববু মাগি মচু মযাম পুথোকহল্লি।'—'হোইনে ইম্পিওর স্পেক্ট্রম্ থুদম মাল্লি। সোরম্ হোলগি তকোয়বদ অমম্ব অঙাম্ব থেঙ্গাইনবগি মচূ প্রিজম 'ফাওত্নন ক্রাম্দ তারিনে' 'অমন. রি-কোম্বিনেসন ওব্ কলরসকি চাংয়েংদ পরদাদ চুমথাঙ কোইন তাবহু ; তোম্বী ভাই নঙ হল্লো ; থাপ্ল থিল্লক্লে।'—'ফরে হয়েংমুক উনসি।' তোম্বী, অমুক হল্লকপ। ঙাম্বী নূপামচা লম্বীদ চিংনব। তোম্বীগ নূপামচাগ তোপ তোপ থোম্নে। ে'ম্বী চেনখিব। থূৎলাই য়াওদ্রবস্থ জু জিৎসু হৈনব ঙাক্ত ও, বন শিব য়াব মওঙদ পুঙ্খাঙ্গ অমবোম কন্ন লাক্করে ; ফুনরে। অমন কোক্ল থঞ্জীম্দ থিনবদ অমত্নন থঞ্জীম্দ থূকউন ৱাইরক্তুন অনীমক ৱাম্থত্নন তারে। মন্দিলা মখোল তারকপদ নূপামচা পাখৎন তূরেল মহুঙলোমদ ওম্থগ্রে।

একাগাড়ি ত্তোংব অমন তোম্বী থেংনরে; লৈকাঈগি মী খর কৌথোকলে। তোম্বীন হল্লকল্লিব অদোমদ তোম্বীবু পুখ্রি। মা মী খরগ ডাক্তরদ পুখ্রে। থরানমীচাক মক্কম ওল্লকই। নূপামচা তপ্ন কাখৎলকপগুম তোর্বান্দগি মকোক লীংখৎলকই। ষ্ট্রেৎচর অমদ মী অম ফীঙোনা কূপ্লগ নূপা মরীন পুরি। মী অমন পুঙ য়য়রি, অমন ঝাল য়য়ন অশিব পুথোকপগি ঈশৈ শকল্লি। লাল্ল-তেন পাঈব হুপী অনী অমস্ত্র ইল্লি। 'ঈমাগি তোম্বী' হন্ন হন্ন কৌরত্তন নুপী অমন কপলি। অশিব ডাক্তরদগি পুথরকলি। নূপামচা অমুক মশক উখিদ্রে। অশিব লানখ্রি। তরুবীগ্নি খোঞ্জেন্ন লৈজবী থাহ্নন থরাঈ শোক্ল 'ঈনম্ম' 'ওজা' 'ঈনম্ম' 'ওজা' কৌরকই। নূপামচা তোর্বান্দ কাখৎলকলি কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংই। অত্নদগি কগ্না চেনখ্রে।

(৪ শুব উৎক্ষম)

য়াচংবগি হরিনোংনাং খোংলি। নূপামচা মফি মরোল শেগাঈব শেং—ঙুমাঙদ লেপ্লরুন অন্দরল্লাযার ফুল্লিংখাওদগি মতুম ওইন কোন্সিঙ্ব চাম চংপী লূপা নোং লৌথোকলি। কৌরকই 'টমি অমুক খোরকউ'। টমিলা ঈমুঙদগি 'ওঝা নঙ শোয়দন লাক্কনি হায়ব ঐ খঙই—ওঝা' হায়ন চেম্থোরক্তুন নূপামচাগি মঙক্ত কন্ন কোল্লি। 'ঐ নঙবু মুংশি, মুংশি' হায়ন কপলি। নূপামচা টম্মিবু কন্ন ঈম্থোকই, শোর ফি ফি হোল্লতুন লূপা মকোন্দু পিরি হায়রকই—'লূপাসিন হৈন শিজিন্নতুন ঈচাতু য়োল্লকউ, ঐ তোম্বী হাৎপগী চহি ৫। ৬ ফাদোপ তারুব তারি।' টম্মি 'আঃ' কন্ন লাউব। মথুত্তুগি লূপা তাখিব। মতমশিদ পাখঙ মচা অম লূপা মরী অনী পুবতুন চঙলকই। হাযবি 'তা'পামচা নঙ্গ য়য়নব :তোম্বীদী তাদন খাইনখিব ঙাম্বী লোতুন মচা নূপা অম ঙরাঙদ পোকহৌরে। নূপামচা ঙক্ল 'মঙলনে? অঙৌন কৈদৌব লাকপ?' পাখঙ 'খুন্সিদ ওঝা ওইরি। তা'পামচা নহানমখৈ কদাঈদ চংলুই ঈহেঃ—ঈতৈম টম্মি; নঙোন্দ তরুবীন লূপা মরী অনী পিরকইনে' (পিব) টম্মি লূপা মরী ঙক্ল লৌব, লূপা খুনগৎপ। নূপামচা ফাক ফাক নোকপ, 'রাখল থেম্ব; কয়া রান চহী মরী লোৎপ হাঃ হাঃ হাঃ অহা! ঐগ ফুনব তোম্বী শিরবস্ন ঐন রাম্বক্ষম য়োন পূরকক্ষম খোক্তে' মতম অসিদ খুনগি মীয়াম চঙলকই।

---